সপরিশিষ্ট

# অশৌচপ্রদীপঃ

[ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়-বৈশ্য-শূদ্রের মরণাশৌচ-জননাশৌচের
বিধি (আইন)]



লেখক :-
শ্রীগোকুল শাস্ত্রী।

[illegible] মধুসূদন শরণম্

# অশৌচপ্রদীপঃ ॥

## ( সপরিশিষ্ট )


ইম্ফাল-

ব্রহ্মপুর নিবাসি-

ইম্ফালটোলসংস্কৃতবিদ্যালয়াধ্যাপক-

৺দেবচন্দ্রাত্মজ-

শ্রীগোকুল দেবশর্ম্ম- স্মৃতি-ব্যাকরণ শাস্ত্রি-

স্মৃতিতীর্থ-ভাগবতরত্নেন

লিখিতঃ প্রকাশিতশ্চ।

অশেষ বিদ্যাগুণ সমলঙ্কৃত-

মদধ্যাপক-

পণ্ডিতপ্রবর শ্রীযুক্ত পরীক্ষিৎ দেবশর্ম্ম- বিদ্যাভূষণ-

ভাগবতাচার্য্যেণ সংশোধিতঃ।



দ্বিতীয় সংস্করণম্।

১৮৯১, শকাব্দীয়পৌষ মাসে।

সোল্ প্রেস নামক মুদ্রণালয়ে

শ্রীইবোতোন সিংহেন মুদ্রিতঃ





মূল্যম্—৩.০০

# কৃতজ্ঞতা প্রকাশ—

লাইরিক অসি ইবদা—পূজ্যপাদ পণ্ডিতপ্রবর ৺রামনারায়ণ শর্ম্মা স্মৃতিভূষণ ওঝানা যুক্তি কয়া তাকপিরম্মি। পণ্ডিত শ্রীযুক্ত ব্রজবিহারী শর্ম্মা স্মৃতি কাব্য ব্যাকরণ তীর্থ ইয়াম্বনা মকম কয়াদা পরামর্শ পিনম্মি।

অশৌচপ্রদীপসি পাবিত্রনা গণমান্য পণ্ডিতমণ্ডলনা "মণিপুরগী চং-নবকপা ব্যবস্থার্ণব গা কাইনদে" অসিনা চিংবা হাইদুনা ইমিবকপা অনু-মোদনগী ময়োল ১ম সংস্করণদা ফোংজখরে। ২য় সংস্করণসিদা পণ্ডিত মণ্ডলদুগী মীংদমক মখাদা উচ্চবি।

১। স্বর্গীয় ৺চন্দ্রশেখর শর্ম্মা তর্কনিধিঃ ব্রহ্মপুর
২। শ্রীযুক্ত বলদেব শর্ম্মা বিদ্যাপতি নাগা মপাল
৩। স্বর্গীয় ৺গৌরহরি শর্ম্মা বাচস্পতি নমুল মপাল
৪ " ৺ললিতমাধব শর্ম্মা খাইব্রহ্মপুর
৫। " ৺বর্কবিহারী শর্ম্মা ব্যাকরণতীর্থ খাইশিংবুং
৬। " ৺অধিকারী চাংখেল শর্ম্মা ব্রহ্মপুর
৭। শ্রীযুক্ত তোনস্ম শর্ম্মা বঙ্গপুরিত মোইরাংখোম
৮। " লাংজহরি শর্ম্মা স্মৃতিরত্ন ব্যাকরণ স্মৃতি তীর্থ শিংজমৈ
৯। " রাধামোহন শর্ম্মা ন্যায়রত্নঃ তর্কতীর্থ বিদ্যালঙ্কার তেরা
১০। " শিবদত্ত শর্ম্মা তর্কতর্কতীর্থ ন্যায়পঞ্চানন ব্রাহ্মপুর
১১। " ব্রজবিহারী শর্ম্মা কাব্য-ব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ-বিদ্যানিধি ব্রহ্মপুর
১২। " কবিকর্ণ শর্ম্মা ব্যাকরণ শাস্ত্রী শগোলবন্দ
১৩। " রজনীকান্ত শর্ম্ম স্মৃতি ব্যাকরণ শাস্ত্রী ময়াইকোইরি
১৪। স্বর্গীয় ৺গোকুলচন্দ্র শর্ম্মা সাহিত্য ব্যাকরণ শাস্ত্রী ব্রহ্মপুর
১৫। শ্রীযুক্ত বীনহরি শর্ম্মা ব্যাকরণ শাস্ত্রী ব্রহ্মপুর

দ্বিতীয় সংস্করণগী খরচ্ছদা পূর্ণসহযোগ পিনবিবা শ্রীযুক্ত অকোইজম ইবোতোন সিংহ সোল প্রেস প্রোপাইটরগী অচৌবা ধ্বণী অমা ওইজবি। অদুগা সংস্কৃতকী কম্পোজদা অরাবা কয়া নংখিবা শ্রীমোইরাংখেম মণি সিংহবু ধন্যবাদ তৌজরি।

বিনীত—লেখক— তাং ৮। ১। ৭০ ইং।

# প্রথম সংস্করণ-

## প্রস্তাবনা।

### স্বদেশীয় ভদ্রমহোদয় ইচিন ইনাও পুম্বদা নোমস্কা নিংশিংজরি।

মীওইবা ঐখোইগী অমগা ২ মান্নদবসি সৃষ্টিকর্ত্তা ঈশ্বরগী মিচং-মিখাই মাইবদগী থোকপা নত্তে. তৌইগুম্বসুং মানা মানা তৌবকপা কর্ম্মগী অদৃষ্ট ফলদগী থোকপা চাকুনি।

কর্ম্ম হাইবসি মখল অনি শুই—লৌকিক কর্ম্ম ১, বৈধ কর্ম্ম ১, লৌকিক কর্ম্মদি মানা মানা মপান্বগী মতুংইন্না তৌবা য়াই, তৌইগুম্বসং বৈধ-কর্ম্মদি মানা মানা অপান্বগী মতুংইন্না তৌবা যাদে। পোকপা শিরনাচিংবগী মাংবা শেংবা অসি—ঐখোইগী অপান্বগী মতুংইন্না য়াদে, তৌইগুম্বসুং বিধিগী মতুংইন্না শেংগনি ১সুং মাংগনি। শোবাং শোনবা, পুবক তৌবা, ষষ্ঠী পুজা শোনবা অসিনাচিংবা কর্ম্মসি বৈধকর্ম্মনি। মরমতুনা শোরাং শোনবা অসি অপান্বগী মতুংইন্না মাংতুনা শেংলগা শোন্বা য়াদে। তৌইগুম্বসুং শাস্ত্রগী পথাপ মতুংইন্না মাংতুনা শেংলগা শোন্‌গদবনি। শাস্ত্রনা তাবলিবা অশেং অমাংগী পথাপতু খাদোক্লগা অপান্বগী মতুংইন্না মাংলগা পুবক তৌবা, অপান্বগী মতুংইন্না শেংলগা শোরাং শোনবতুদি শাস্ত্রগী পথাপ ওন্নত্রবদগী পুবকী অমসুং শ্রাদ্ধগী অদৃষ্টফল অতু ভঙ্গ ওই ( ফলতু ফংদে ) মসিদা শ্রীভগবদ্গীতানা, প্রমাণ তৌরি—

যঃ শাস্ত্রবিধি মুৎসৃজ্য বর্ত্ততে কামচারতঃ ন সঃ সিদ্ধি মবাপ্নোতি ন সুখং ন পরাংগতিং। তস্মাচ্ছাস্ত্রং প্রমাণন্তে কার্য্যাকার্য্যব্যবস্থিতৌ। জ্ঞাত্বা শাস্ত্রবিধানোক্তং কর্ম্ম কর্ত্তুমিহার্হসি" ইতি। অতুগা শাস্ত্রনা কর্ম্ম ২ দুগী, তাক্লি ২ বা কাল অতু (মৃত্যুতিথিনাচিংবতু) য়ৌত্রিবৈদা নত্রগা হেন্দোক্লগা বৈধকর্ম্ম তৌবতু ইতৌ তৌদবগা মান্নে। মসিদা স্মৃতিগী প্রমাণ—

"অকালে চেৎ কৃতং কর্ম্ম কালে তস্য পুনঃ ক্রিয়া। কলাতীতস্ত যৎ কুর্য্যাদকৃতং তদ্বিনিদ্দিশে" দিতি।

শোরাং শোনগদৌরিবা মীতনা (শ্রাদ্ধক্রিয়াধিকারীতনা) ভ্রমপ্রমাদ দোষ কয়াদগী মাংবা শেংবনা চিংবদা শাস্ত্রগী পথাপ ওন্না চত্তুনা হাইবদি মাংলরোইদবদা মাংতুনা, মাংগদবদা মাংদতুনা শোরাং শোনগ্রবদি শিথি-বত্থু লান্দতুদা কোইপাই পাইতুনা (নিরালম্ব ওইতুনা) লৈগদৌরি।

বিষযসিদা বিবরণ খরদং নিংশিংজরি—মীওইবা অসি হেক শিবদা "লিঙ্গদেহ" কৌবা দেহ অমা মপাল থোকখি। মতুগু শিবা খুদক্তুদা "আতিবাহিক" কৌই, প্রমাণং—বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে "তৎক্ষণাদেব গৃহ্নাতি শরীরমাতিবাহিকম্"। "আতিবাহিক" দেহতু মহাক শিবগী মাংলিৱৈগী মমুংতুদা পিণ্ড ১০ শুনা পুনক তৌরগা "প্রেতদেহ" কৌবা দেহতু ফংই, প্রমাণং বিষ্ণুস্মৃতি—"যাবদশৌচং তাবৎ প্রেতোদকং পিণ্ডমেকঞ্চ দদ্যা" দিতি। বায়ুপুরাণে চ—"পুরকেণ তু পিণ্ডেন দেহো নিষ্পদ্যতে যতঃ"। প্রেতদেহ ফংহল্লগা য়ুমশেংবা মতুং নোংঙানবদা আদ্যশ্রাদ্ধনা চিংবা শ্রাদ্ধ ১৬ মথং ২ শোল্লগা প্রেতদেহতু থাদোক্তুনা "ভোগদেহ" কৌবা দেহতু ফংই। ভোগদেহ ফংলবদি স্বর্গদা নরকতা মানা তৌবা পুণ্য পাপতু চারুই প্রমাণং বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে—"কৃতে সপিণ্ডীকরণে নরঃ সম্বৎসরাৎ পরং। প্রেতদেহং পরিত্যজ্য ভোগদেহং প্রপদ্যতে। ততঃ সো নরকে যাতি স্বর্গে বা স্বেন কর্ম্মণা" ইতি।

য়ুম মাংবা ২।৩ না চিংবা য়েৎনরবদা শাস্ত্রগী পথাপ মতুংইন্না মফম অমদা মখাদা ইন্দুনা শেংবা, মফম অমদা মথক্তা ইন্দুনা শেংবা হাইবসি শোইদননক ওইগদৌরি। করিগুম্বা ভ্রম প্রমাদ দোষদগী মথক্তা ইনগ-দবতুনা মখাদা ইন্দুনা, অতৗগা মখাদা ইনগদবতুনা মথক্তা ইন্দুনা—মাংলগা পুরক তৌবা অমসুং মহু শেংলগা শ্রাদ্ধ শোনবহুদি—"মাংলিৱৈদা

পিণ্ড ১০ শুনা পিগ'নি," "যুমশেং মতুং নোংঙানবদা আন্থ শ্রাদ্ধ শোনগনি" হাইবা শাস্ত্রগী পথাপ অনিসি কাইবদগী পুরক্কী ফল "প্রেত-দেহ, শ্রাদ্ধগী ফল ভোগদেহ ফংদবনা শ্মশানগী লাইগী মথুক্তা অতম লৈতনা মুক্তি ফংদে। পুরাণং বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরে—প্রেতপিণ্ডো ন দীয়তে যস্য তস্য বিমোক্ষণং। শ্মশানিকেভ্যো দেবেভ্য আকল্পং নৈব বিদ্যতে" ইতি। প্রেতমুক্তি ফংদবত নংতনা শাগৈনাচিংবগীসু ঈশ্বর পুজা ১স্থং ফীবোই শোনবা, যাদিউবা ঈশ্বর পুজা তৌবা, ফীবোইশোনবা, অতুগা ঈশ্বর পুজা ১ স্থং ফীবোইশোনবা য়াবদা ঈশ্বর পুজা তৌদবা ১ স্থং ফীবোই শোন্দবা অসিনাচিংবা অবানবা দোষ কয়াসু লৈগদৌরি।

য়ুম মাংবা ২।৩ নাচিংবা যেৎনবদা—মথক্তা ইন্দুনা শেংগদবা মফম, মখাদা ইন্দুনা শেংগদবা মফম অতু—স্মার্ত্তধুরন্ধর পণ্ডিতশিংদি খুদক খুদক্তা খংবা ঙম্মি। স্থুলজ্ঞান ওইবা ঐরোইগুম্বদি খুদক্তা খংবা ঙমদতনা অতুগা স্মার্ত্তপণ্ডিতসিংদা হংউবগী মতমসু লৈতনা মথক্তা ইন্দুনা শেং-গদবনা মখাদা ইন্দুনা শেংশ্রুবদি অতুগা মখাদা ইন্দুনা শেংগদবনা মথক্তা ইন্দুনা শেংশ্রুবদি মথক্তা হাইনিবা দোষ অপুম্বসি ওইগনি।

মদম অসিনা অমাংবা ২।৩ না চিংবা যেৎনবদা—মথক্তা ইন্দুনা শেংগদবা, ১স্থং মখাদা ইন্দুনা শেংগদবা শাস্ত্রগী পথাপ অতু ঐখোই-ঙন্থগীদ্‌ গোকুলক ২পা খুদক খুদক্কু মক্তদা খংননবগীদমক স্মৃতিশাস্ত্র কয়ামুক্তগী সংগ্রহ তৌজনগা গুরুজন কয়াদসু হংজতনা "অশৌচ প্রদীপ" বোন লাইবিক মচাসি অশেং অমাংগী লংলা লংজিন ওইনা ইজে।

ভ্রম প্রমাদ মার্জনা তৌবিগনি।

নিবেদক :—

শ্রীগোকুল শর্ম্মা।

## দ্বিতীয় সংস্করণগী বাহৈ খরদং

১৮৬৮ শকাব্দদা ফোংজখিবা অশৌচ প্রদীপসিদা পাঠক বর্গগী পুক্নিং মপুং ফানা চংশনবিবসি উজ ফংজবদা পাঠক বর্গবু হন্না হন্না ধন্যবাদ তৌজবি। হৌজিক পবিশিষ্ট কয়া হাপকৎচতনা দ্বিতীয়সংস্করণ ফোংজবে। ভ্রম-প্রমাদ পাঠকশিংনা মার্জ্জনা তৌবিগনি।

বিনীত—

শ্রীগোকুল শর্ম্মা

তাং ২১।১১।৬৯ ইং

# সূচী য়েংবগী পথাপ।

অমাংবা য়েংনবদা—অমাংবা কয়াগীনো? করম করম্বা অমাংবগীনো? ***চাবোকপা মশেন য়েংনবদা অদুগা অশিবা মশেন য়েংনবদা*** অহানবগীদু—মচানিপা পোকপা য়াওবরা? ১স্থুং মমা, মপা শিবা য়াওবরা? অকোনবগীদু—অহানবগী কয়ানি শুবদা পোকপনো? অমস্থুং শিবনো? অদুগা মচানিপা পোকপা য়াওবরা? অমস্থুং মমা মপা শিবা য়াওবরা? কনাগীদমক সূচী য়েংগদৌরিবনো? অসিনচিংবসি মচা খাইদোক্লা থংলগা, সূচী য়েংবিগদবনি। অদুগা "অশৌচ সঙ্করগী ফল অমস্থুং বিচার" হাইবা পৃষ্টা ১৫ গী বিষয়সি মুম্না পাবিগদবনি। উদাহরণ— ক, খ, গ, ঘ, ঙ মঙসি শাগৈনি। ক গী মপা শিরে। ক, গী মপা শিবগী সুমিৎ ৯ নি শুবদা গ, গী মমা শিরে। থোদোকসিগী অশেং অমাংগীদমক সূচী য়েংবা তারবদা ইহান হানবদা মরেক অচৌবা—"সুমিৎ শুনা মাংলবা অশিবা অনি য়েংনবদা শেংগদবা মওং" হিরমসি য়েংলগা উক্ত হিরমগী মখুংদা ক, গীদমক—"মীতুগী (ক, গী) মপা-মমা শিরিঙৈদা মীতুগী (ক, গী) মহাগুরু নংতবা (মচা মশু শাগৈনচিংবা) শিরকপা" হাইবা সূচীসি য়েংগনি। গ, গী দমক "শাগৈ শিবা মাংবগী অকোনবা তংখাইদা মপা-মমা শিবা" হাইবা সূচীসি য়েংগনি। খ, ঘ, ঙ, গীদমক—"শাগৈ অমা শিবগী মাংলিঙৈদা শাগৈ অমা শিরকপা" হাইক সূচীসি য়েংগনি। মতৌ অমুম্না অতৈ অতৈগীদমসু রাখন তৌবিগনি।

# সূচীপত্রম্

**বিষয়—** **অহানবদা থংগদবা।** **পৃষ্ঠা।**



## *মুমিং শুবা মাংলবা অশিবা অনি য়েৎনবদা শেংগদবা মওং।*

## নুমিৎ শুরবা অশিবা ময়ামগী য়েৎনবদা শেংগদবা মওং।



## নুমিৎ শুরবা অশিবগা নুমিৎ শুদবা অশিবগা য়েৎনবদা শেংগদবা মওং (খণ্ডাগা) পুর্ণাগা (য়েৎনবা)

## মাংবা নুমিৎ শুদ্রিবা অশিবা ২।৩ য়েৎনবদা শেংগদবা মণ্ডং।



## চাবোকপা অনি য়েৎনবদা শেঙ্গদবা মণ্ডং।



## চাবোকপা অহুম্ন-চিংবা য়েৎনবদা শেঙ্গদবা মণ্ডং।



## চাবোকপা অনি য়েৎনরিবৈঙদা পোকইবা অঙাংদু শিরকপদা শেঙ্গদবা মণ্ডং।



## চাবোকপা ৩ নাচিংবা য়েৎনরিবৈঙদা পোকইবা অঙাং ১।২ শিরকপদা শেঙ্গদবা মণ্ডং।

## চাবোকপগা অশিবগা য়েৎনবদা শেঙ্গদগব্বা মওং।



## চাবোকপগা অশিবগা য়েৎনরিঙৈদা পোক্লিবা অঙাংড় শিরকপা।



## লংকৈদা শিবগী ১ সুং পোকপগী মাংগদবা।



## শাগৈ নৎতবা শিবদা মাংগদবা।



## বিশেষ ওইনা মাংগদবা।

## চাবোকপা মুমশেংদ্রিবৈঙদা অঙাংডু শিরকপা।



## চাবোকপা মুমশেংলগা অঙাংডু শিবগী মাংগদবা।



## মরম অতে অতে।



✻ ১। অনাবা অনি অহুম্না চিংবা য়েৎনডুনা (অশৌচ সঙ্কর ওইডুন) মুমিং তেনশন্না শেংবদা ওমদবগী শোরাৎ শোনগদবা মওং—পৃষ্ঠা ৫৩

মুমিং নকশন্না শেংবদা ওমদবদগী শোরাৎ শোনগদবা মওংসু উক্ত ৫৩ পৃষ্ঠাগী প্রমাণসি অহুম লৌগনি)।

# পারিশিষ্টগী হিরম

পৃষ্ঠা

# অশৌচ প্রদীপঃ।

## ওঁ গণাধিপতয়ে নমঃ।

প্রণম্য স্বেষ্টদেবতাং সমাশ্রিত্য চ পণ্ডিতান্।
নাম্না-শৌচপ্রদীপোঽয়ং সংলিখ্যতে যথামতি ॥

### অশৌচ লক্ষণং।

অশৌচ কৌবদি – বেদনাচিংবা শাস্ত্রনা মী পুম্নমক্কী শোইচনা তৌগদবনি হাইনা তাকপা নিত্যকর্ম্মনাচিংবু মহাক্কা মী অদুগী মক্কমদা লৈরিবা মথৈ য়াহন্দবা মহাপাতকনাচিংবা পাপতগীদি থোক্পা পাপ বিশেষ অদুবু "অশৌচ" কৌই ॥ (১)

অশৌচ হাইবসি মথক মখা য়াম্মি। মদুদি—মরণাশৌচ, জননাশৌচ, গর্ভস্রাবাশৌচ, রজস্বলাশৌচ ক্ষতাশৌচ অসিনাচিংবা। হকচাংদা ইতাবদু অশৌচ পোকই, মবমদুনা অশৌচ মহাক্কী মমিংবু 'ক্ষতাশৌচ' কৌই, ক্ষতাশৌচ ওইরিঙৈদা দৈব, পৈত্র কর্ম্ম, তৌবা য়াদে, তৌইগুম্বস্তুং বৈধস্নান, সন্ধ্যাপূজানাচিংবা নিত্যকর্ম্মদি তৌবা য়াই। গ্রহণগী কালদা তৌগদবা কর্ম্ম, পূরক তীর্থ ফংলবদা তৌগদবা কর্ম্ম মথোইসিস্থ ক্ষতাশৌচ ওইরিঙৈদা তৌবা য়াই। (২)

---

(১) "বৈদিক কর্ম্মানর্হত্ব প্রযোজক সংস্কার বিশেষরূপ মশৌচ" মিতি স্মার্ত্তঃ।

(২) "নাভেরূদ্ধমধোবাপি যদি স্যাদ্রুধিরস্রবঃ। অশুচি স্তদহঃ কর্ম্ম কুর্ব্বন্নরক মাপ্নুয়া" দিতি স্মৃতিচিন্তামণিঃ ॥ "চন্দ্র সূর্য্যগ্রহে চৈব

## শৌচ লক্ষণং ।

বেদনাচিংবা শাস্ত্রনা তৌগদবনি হাইনা খংহনবা নিত্যকর্ম্ম-নাচিংবা কর্ম্মবু মহাক লৈরবতদা তৌবা য়াবা অদুগুম্বা পুণ্য বিশেষ অদুবু "শৌচ" কৌই। (৩)

অশৌচ অমসু্ং শৌচ মখোই অনি অসি সংস্কার বিশেষ ওইবনা ভাব পদার্থনি, মবমদুনা অশৌচ অমা লৈরিবা মী অদুনা অশৌচ অমসু লৈবা য়াই অদুগা অশৌচ লৈরিবা মীদা শৌচ লৈবসু য়াই।

অশৌচ হাই'স ভাব পদার্থ নংতদুনা অভাব পদার্থ ওইববদি (শৌচাভাব স্বরূপ ওইরবদি) প্রৌঢ়তেজগী অভাব স্বরূপ ওইবা অমম্বা লৈবা মফমদা প্রতিযোগী ওইবা প্রৌঢ়তেজ লৈবা য়াদবা অদুগুম্বা অগসু্ং অমম্বা অমদা অমম্বা অম লৈ হাইবা য়াদবগুম্বা অশৌচ লৈবিবা মীদা শৌচ লৈবা যাদবা তাই। অদুগ হান্না লৈরিবা অশৌচ অদু নংতবা অতাপ্পা অশৌচ অমসু লৈবা য়াদবা তাই। য়াবে হাইরবসু "অশৌচ সঙ্কর" হাইবা স্মার্ত্তশিংগী ব্রাইহ অসি ব্যাঘাত ওইবা তারে। অদুগা যুম মাংলিভৈদা জাতকর্ম্মগী পূজাগী কালদা মপাগীদি শুদ্ধি ওই হাইবা প্রজাপতিগী বচনসিসু (৪) প্রমাণ ওইদবা তারে। মরমদুনা "অশৌচ" হাইবসি ভাব পদার্থনি ॥

মৃতানাং পিণ্ডকর্ম্মণি। মহাতীর্থেচ সংপ্রাপ্তে ক্ষতদোষে ন বিদ্যতে" ইতি স্মৃতিচিন্তামণৌ ভবিষ্যং।

(৩) "বৈদিক কর্ম্মাহর্ত্ব প্রযোজক সংস্কারৰূপং শৌচ" মিতি স্মার্ত্তঃ।

## অশৌচদা নিপাগী সপিণ্ড সকুল্যাদি শাগৈ মখল।

গোত্র অমত্তগী মনুংদা—পিণ্ড পিগদৌরিবা মী অদুদগী হৌনা মথক্লোমদ' াংগৎলগা পুরোণ তরেৎশুবা ফাওবা, পুরোণ তরেৎ অদুগী অমমমদগী মথাদা তাথখিবা অদুনা বীজিথানা তরেৎ তরেৎ শুবা ফাওবা মখোই অসিবু পিণ্ডদাতা অদুগী "সপিণ্ড"নি অর্থাৎ পুরোণ তরেৎকী মনুংদা লৈনরিবা মী মশেন অদু সপিণ্ড শাগৈ ওইনরি হাইনা খংনগনি।

পুরোণ তরেৎকী মনুংদদি লৈনদ্রবা, পুরোণ তরা ফাওবগী মনুংদদি লৈনরিবা মী মশেন অদু "সকুল্য শাগৈ"নি হাইনা খংনগনি।

পুরোণ তরাগী মনুংদদি লৈনদ্রবা পুরোণ তরামরি ফাওবগী মনুংদদি লৈনরিবা মী মশেন অদু "সম নোদকশাগৈ"নি।

পুরোণ তরামরি ফাওবগী মনুংদা লৈনদ্রবা মী মশেন অদু গোত্রজ শাগৈ কৌই। (৫)

## লুহোংড্রিবী কন্যাগী সপিণ্ড-সকুল্যাদি শাগৈ।

লুহোংড্রিবী কন্যা অদুগী-পিতা, পিতামহ, প্রপিতামহ অহুম ফাওবসিমা, উক্ত অহুম অসিগী অমমমদগী মথাদা তাথখিবদু অহুম অহুম ফাওবা অম মখোইসি কন্যাগী সপিণ্ডশাগৈনি।

---

(৪) "অশৌচে তু সমুৎপন্নে পুত্রজন্ম যদা ভবেৎ। কর্ত্তুস্তৎকালিকী শুদ্ধিঃ পূর্ব্বাশৌচা দ্বিশুধ্যতী''তি প্রজাপতি।

(৫) "লেপভাজ শ্চতুর্থ্যাদ্যাঃ পিত্রাদ্যাঃ পিণ্ড ভাগিনঃ। পিণ্ডদঃ সপ্তম স্তেষাং সাপিণ্ড্যং সাপ্ত পৌরুষ'' মিতি শুদ্ধিতত্ত্বে মৎস্যপুরাণাৎ। "সাপিণ্ড্যং সপ্তমং যাবৎ সাকুল্যং দশমাবধি। সমানোদকতা জ্ঞেয়া-

কন্যাদগী হৌনা থিরগা পুরোন ১০ শুবা ফাওবগী মনুংদা লৈবদু কন্যাগী সকুল্য শাগৈনি।

নিপাগী সকুল্য, সমানোদক, গোত্রজ শাগে লৌবগুম্বা কন্যাগীসু অতুম লৌগনি।

**মন্তব্য ঃ**—কন্যাগী ত্রিপুরুষসাপিণ্ড্য অসি অশৌচগী বিষয়তদা লৌগদবনি অর্থাৎ কন্যাদু পোকপদা কন্যাগী সপিণ্ডনা মাংবগী বিষয়দা অদুগা কন্যাগী সপিণ্ড শিবদা কন্যানা মাংবগী বিষয়দা কন্যাগীদি ত্রিপুরুষ (পুরোন অহুম) ফাওবতা সপিণ্ড ওইগনি (লৌগনি) বিবাহগী বিষয়দদি সাপ্তপুরুষ সপিণ্ড লৌগনি। (৬)

ত্বাচতুর্দ্দশাদিতি। ১১. স্ববংশবিজ্ঞানাদ্ গোত্রজ পরিকীর্ত্তিত." ইতি নির্ণযসিন্ধৌ চ।

(৬) "সপিণ্ডতা তু কন্যানাং সবর্ণানাং ত্রিপৌরুষী'তি আদিপুরাণাৎ॥ "অপ্রত্তানাং ত্রিপৌরুষ"মিতি বশিষ্টবচনাচ্চ.॥ "তেনাত্মপঞ্চমে বৃদ্ধপ্রপিতামহে সাপিণ্ড্যং নিবর্ত্তেত ইতি প্রতিপাদিতং। অতত্রব কন্যাযা: প্রপিতামহ ভ্রাত্রা তৎসন্ততিভি. সহ সাপিণ্ড্যাভাবাৎ কন্যা মরণ জননযো স্তেষাং সাপিণ্ড্যাশৌচং নাস্তি কিন্তু সমানোদক নিমিত্তমেবাশৌচং। এবং তেষামপি জননমরণযো: কন্যানামিতি শূলপানি" বিতি স্মার্ত্ত.। বিবাহ বিষয়ে তু "অপ্রত্তানাং তথা স্ত্রীণাং সাপিণ্ড্যং সাপ্তপৌরুষং। প্রত্তানং ভর্ত্তৃ সাপিণ্ড্যং প্রাহ দেব. পিতামহ' 'ইতি কুর্ম্মপুরাণে॥

## অশৌচদা পোষ্যপুত্রগী সপিণ্ড শাগ ওইগদবা।

পোষ্যপুত্র লৌরিবা মপা (গ্রহীতা) অদুদগী পুরুষ অহুম ফাওবদু পোষ্যপুত্রগী সপিণ্ডনি, অর্থাৎ ১ গ্রহীতা, ২ গ্রহীতাগী পিতা, ৩ গ্রহীতাগী পিতামহ, অহুমসি পোষ্যপুত্রগী সপিণ্ডনি। পোষ্যপুত্রগী ত্রিপুরুস সপিণ্ড অসি পোকপা, শিবগী মাংবগী বিষয়তদনি। বিবাহগী বিষয়দদি সাপ্তপুরুষসাপিণ্ড্য লৌগনি। পুরোণ ১০ ফাওবনা সকুগ্নি। (৭)

## শিবদা পোকপদা সপিণ্ড ১সুং সকুল্যশাগনা মাংগদবা নুমিৎ মশিং।

সপিণ্ডজ্ঞাতি শিবদা অমসুং পোকপদা ব্রাহ্মণনা নুমিৎ ১০ নি মাংগনি। ক্ষত্রিয়না নুমিৎ ১২ নি, বৈশ্যনা নুমিৎ ১৫নি, শূদ্রনা নুমিৎ ৩০ নি মাংগনি, মসি পূর্ণাশৌচ কৌই। (ক)

সকুল্যজ্ঞাতি শিবদা অমসুং পোকপদা ব্রাহ্মণনচিংবা জাতি মরিমক নুমিৎ ৩নি মাংগনি। সমানোদক শিবদা অমসুং পোকপদা নুংথিন্ অনি অহিং অমা ( পক্ষিণী ) মাংগনি। গোত্রজ শিবা পোকপদি নোংমা মাংগনি *। নুমিৎ মশিং শুদনা মাংবা (পূর্ণাশৌচ ওইদবা) অসিবু খণ্ডাশৌচ কৌই। (৮) (খ)

(৭) "দত্তকানাং তু পুত্রাণাং সাপিণ্ড্যং স্যাৎ ত্রিপৌরুষ" মিতি দত্তকচন্দ্রিকায়াং, বিবাহবিষয়েতু "পিতৃপক্ষে সাপ্তপৌরুষ" মিতি চন্দ্রিকা

(ক) "তত্র জাতের্যাবস্নোহশৌচকালা উক্তাস্তদন্যুনকালীনত্বং পূর্ণত্ব" মিতি গোস্বামী।

* অত্র গোত্রজমরণজননয়োরেকাহাশৌচাভিধানং তদেতৎ জন্মনামস্মৃতিপর্য্যন্তগোত্রজবিষয়ে জ্ঞেয়ং। "গোত্রজানামহঃ স্মৃত"মিতিবচনাৎ

## পোষ্যপুত্র সপিণ্ড শিবদা-পোকপদা মাংগদবা

পোষ্যপুত্র শিবদা অদুগা পোষ্যপুত্রগী মচাপোকপদা পোষ্যপুত্র সপিণ্ড অদু মুমিৎ হুমনি মাংগনি, মুমিৎ ৩ নি মাংগনি হাইবসি জাতি মরিমক্কীনি। অদুগা পোষ্যপুত্র সপিণ্ড শিবদা অমস্তুং পোক-পদা পোষ্যপুত্রস্তু মুমিং ৩ নি মাংগনি।

মুমিং ৩ নি মাংগনি হাইবসি দত্তকচন্দ্রিকাকারগী মতনি (৯)

কনাগুম্বা পণ্ডিত খরগী মতদদি—সপিণ্ডদগী লোবা পোষ্য-পুত্রদু লুগন্ থাংলগা শিবদা অমস্তুং উক্ত পোষ্যপুত্রগী মচা পোক-পদা পোষ্যপুত্রসপিণ্ডদু মাগী মাগী জাতিগী পূর্ণাশৌচদু চংকনি (মুমিং শুনা মাংগনি) পোষ্যপুত্রসপিণ্ড শিবদা অমস্তুং পোকপদা পোষ্যপুত্রস্তু, মচাসি স্তু মুমিংশুনা মাংগনি, অস্তুম্না হাইরি। (১০)

(৮) "শুধ্যেদ্ বিপ্রো দশাহেন দ্বাদশাহেন ভূমিপঃ। বৈশ্যঃ পঞ্চ-দশাহেন শূদ্রো মাসেন শুধ্যতী"তি মনুবচনাৎ। "দশাহেন সপিণ্ডাস্তু শুধ্যন্তি প্রেত সূতকে। ত্রিরাত্রেণ সকুল্যাস্তু স্না শুধ্যন্তি গোত্রজা" ইতি বৃহস্পতি বচনাচ্চ "পক্ষিণী যসপিণ্ডকে" ইতি গৌতম বচনাৎ, "অসপিণ্ড" পদং সমানোদক পর"মিতি চিন্তামণিঃ "দ্বাবহাবেকরাত্রিশ্চ পক্ষিণী ত্যভিধীয়তে" "বিপ্রাদীনাং সর্ব্বেষামেব সকুল্য জননমরণয়োস্ত্রিরাত্র" মিতি স্মৃতিচিন্তামণিঃ। সমানোদকাত্মশৌচে বর্ণভেদাদশৌচভেদো নাস্তী"তি কাশিরামঃ।

(খ) স্বজাত্যুক্ত পূর্ণাশৌচ ভিন্নমনেব খণ্ডস্থ ইতি গোস্বামী।

(৯) "ভিন্নগোত্রঃ সগোত্রো বানীতঃ সংস্কৃত্য চেচ্ছয়া। জননে মরণে তস্য ত্র্যহাশৌচং বিধীযতে" ইতি দত্তকচন্দ্রিকায়াং পরাশরঃ।

(১০) "স্বগোত্রাং পরগোত্রাদ্বা পুত্রহীনোহগ্রহীং সুতং। দশরাত্রং

অদুগা পোষ্যপুত্রহু শিবদা মহাকী মতুমচাদি নুমিৎশুনা মাংগনি, মতু মচাশিবদা মহাকস্থু নুমিৎশুনা মাংগনি। (১১)

***মন্তব্য*** ঃ— পোষ্যপুত্রসপিণ্ড শিবদা পোকপদা অমস্তুং পোষ্যপুত্র শিবদা মাগী মচা পোকপদা মাংবগী মশিংদা মতভেদ লৈবসি দেশ দেশ অদুদা চংনবা অমস্তুং স্মার্ত্তপণ্ডিতশিংনস্থু য়াবা অদুগুম্বা মতভু চংকদবা ওই। বিষয় অমত্তুদা ধর্ম্মশাস্ত্র অনি মত থেন্নবা লৈরবদি থেন্নবা কোক্লবা ন্যায়স্থু লৈত্রবদি মফম অ'সদা অ'সিগুম্বা মত অসি লৌগনি হাইরগী মরিদা ঋষি-শিং'না হ'ইরি—"যেষু স্থানেষু যচ্ছৌচং ধর্ম্মাচারশ্চ যাদৃশঃ। তত্র তন্নাবমন্যেত ধর্ম্ম স্তত্রৈব তাদৃশঃ" ইতি মরীচিঃ। যেনাস্য পিতরো যাত যেন যাতাঃ পিতামহাঃ তেন যায়াৎ সতাং মার্গং তেন গচ্ছন্ন দুষ্যত" ইতি মনুঃ। দেশদুদা পূর্ব্ব-পুরুষশিং'না (অহল-লমন্না) চৎনরম্বা অদুগুম্বা শাস্ত্রগী মতভু লৌগনি। ।২।

## *শিবদা নুমিৎ শুনা মাংগন্দবা মীশক।*

লুগন থা লব—ব্রহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য অদুগা মপুরোইরবা অনি শুদ্রবী নুপী, মখোইসি শিবদা নুমিংশুনা মাংগনি।

চহি ৬ থা ৩ হেল্লবা ব্রাহ্মণ. চহি ৯ থা ৩ হেল্লবা ক্ষেত্রিয়, চহি ১০ থা ৩ হেল্লবা বৈশ্য মখোইসি লুগন থাংখিবা লৈতনা শিরবস্থু নুমিং শুনা মাংলগনি। মসি কনাগুম্বা পণ্ডিত অমগী মতনি।

স্মার্ত্তশিরোমণি শ্রীরঘুনন্দন ভট্টাচার্য্যনদি—চহি ৬ থা ৩

---

ত্রিরাত্রং বা অশৌচং স্যাদ্ যথাক্রম" মিতি স্মৃতিচিন্তামণৌ বৃহন্মনুঃ।

(১১) "ক্ষেত্রজাদ্যাঃ সুতাশ্চৈব যেকাদশ যথোদিতাঃ। জননে মরণে

হেল্লবা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য মখোইসি লুগন থাংথিবা লৈতনা শিরবদি মাগী মাগী জাতিগী মাংগদবা মশিংদু শুনা মাংলগনি, অসুম্না হাইরি। (১২)

**মন্তব্য**ঃ—কনাগুম্বগী মতভা অশৌচগী বিষয়দা উপনয়ন কাল তোঙান তোঙান হাইবসি যুক্তিযুক্ত ওইবা থরদা রাংলি, মরম অদুনা স্মার্ত্তনা লৌথৎপা উপনয়ন কাল লৌদুনা পূর্ণাশৌচ ওইবনা যুক্তিযুক্ত ওইগনি। মরমদি স্মার্ত্তনা স্বতন্ত্রদা লৌথৎপা আদিপুরাণগী বচননা অশৌচগী বিষয়তদা ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয় বৈশ্য অছুম অসিগী অমত্তা ওইনা উপনয়নকাল হাইরম্বনা অশৌচগী বিষয়দদি আদিপুরাণগী উপনয়নকাল লৌদুনা শিজিন্নবনা চুমগনি, অকুপ্পা বিচারাংশদি সংস্কৃতনা ইরি। (ক)

---

চৈব ত্র্যহাশৌচস্য ভাগিনঃ। তৎ সুতাস্তা দশাহেন শুধ্যন্তি প্রেতসুতকে' ইতি দত্তকচন্দ্রিকাটীকায়াং হরিণাথোপাধ্যায় ধৃত যমবচনাৎ।

(১২) "এবমুপনয়নকালোহপি গর্ভাষ্টমাব্দ এব যথা আদিপুরাণে— "অনুপনীতো বিপ্রস্থি"ত্যভিধায়— "ম্রিয়তে যত্র তত্র স্যাদশৌচং ত্র্যহমেবহি। দ্বিজন্মনা ময়ং কাল স্ত্রয়াণাস্তু ষড়াব্দিক"মিতি। ষড়ব্দপদঞ্চ মাসত্রয়াধিক ষড়ব্দপর" মিতি স্মার্ত্তঃ। "দ্বিজন্মনাং ত্রয়াণাং দ্বিজন্মনাং ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বিশাং কালঃ অসংপূর্ণাশৌচকালঃ তথাচ মাসত্রয়াধিক ষড়ব্দানন্তরং মরণে ব্রাহ্মণক্ষত্রিয়বিশাং সংপূর্ণাশৌচ"মিতি কাশিরামটী-কায়াশ্চ; "ক্ষত্রিয় বৈশ্যয়োরুপনয়নকালত্বেন গর্ভাষ্টমাব্দগ্রহণং অশৌচ-গ্রহনায় বাচনিক" মিতি গোস্বামিটীকায়াশ্চ॥

—(ক) *কেনচিৎ*—"গর্ভাষ্টমেহষ্টমেহব্দে বা ব্রাহ্মণস্যোপনয়নং। গর্ভাদেকাদশে রাজ্ঞো গর্ভাদ্দ্বাদশে বিশ" ইতি মনুবিহিতোপনয়ন কালমাদায়

## মহাগুরু কৌবা।

মমা, মপা, আচার্য্যগুরু ( লুগন থাংবিরগা গায়ত্রী নচিংবা বেদ তম্বিবা গুরু) সুপীগীদি মপুরোইবা, মখোই অসি "মহাগুরু" কৌই। (১৩)

## শিবদা, পোকপদা অঘবৃদ্ধি লৈগদবা মী।

মমা, মপা, সপিণ্ড শাগৈ ওইবা আচার্য্যগুরু মখোইসি শিবদা মচ শিং অদু অমম্মুং শিম্মদু শ্রাদ্ধ মতুং নোংমা কোনবা ফাওবা থুমনাচিংবা চাবা য়াদবদগী, অদুগা মপুরোইবা শিবদা ভার্য্যা অদু শ্রাদ্ধ মতুং নোংমা কোনবা ফাওবা থুন্‌নচিংবা চাবা য়াদবদগী মহাগুরু শিবগী মাংবা অদু উক্ত মচাশিং অদুগীদি অদুগা ভার্য্যা

---

তাদৃশোপনয়নকালপ্রাপ্তৌ অনুপনীতয় ক্ষত্রিয়বৈশ্যয়ো মরণে যৎ পূর্ণাশৌচ মভিহিতং তৎ ন যুক্তিযুক্তং আদিপুরাণবচনবিরোধাৎ, অশৌচবিষয়ে আদিপুরাণেন দ্বিজন্মনাং মাসত্রয়াধিক ষড়্‌বর্ষানন্তরকালস্য উপনয়নকালত্বেনাভিহিতত্বাৎ, ন চ-আদিপুরাণাভিহিতোপনয়নকালো ন গ্রাহ্যো প্রবলমনুবিহিতোপনয়নকালবিরোধাদিতি বাচ্যং, আদিপুরাণস্যাশৌচবিষয় এব বিশেষত অভিধানত্বাৎ ( সামন্যাভিধানাৎ বিশেষাভিধানস্য গ্রাহ্যত্বাৎ ) মনুনা দ্বিজন্মনাং উপনয়কালঃ সামন্যেনাভিহিত, আদিপুরাণেন তু কেবলং অশৌচবিষয়ে উপনয়নকালঃ বিশেষতোহভিহিতঃ, অত আদিপুরাণাভিহিতোপনয়নকালমাদায় অনুপনীতক্ষত্রিয়বৈশ্যয়োরপি মরণে অশৌচাচরণং যুক্তিযুক্ত মিতি সুধিভি বিভাব্যং।।

(১৩) "ত্রয়ঃ পুরুষস্য মহাগুরবো ভবন্তি মাতা পিতা আচার্য্যশ্চেতি" বিষ্ণুস্মৃতিবচনাৎ। "পতি র্বন্ধুর্গতি র্ভর্ত্তা গুরুবেবচ" ইতি বচনাৎ "পতিরেকো গুরুঃ স্ত্রীণা" মিতি শাতাতপবচনাচ্চ।

অদুগীদি "অঘবৃদ্ধি" লৈ। সপিণ্ডজ্ঞাতিগীদি শ্রাদ্ধ মতুং নোংমা কোনবা ফাওবা থুমনচিংবা চাবা য়াদবগী নিষেধ প্রমাণ লৈতবনা মাংবদু অঘবৃদ্ধি লৈতে। তৌইগুম্বস্তং জ্ঞাতি শিবদা জ্ঞাতি অদু নুমিৎ হুমনি ফাওবদং থুমনচিংবা চাবা য়াদে। (১৪) ॥ মচানিপা পোক্লবদি মপা অদু ইরুজদ্রিবা মখৈ মীগা শোক্ল-শম্নবা য়াদবদগী মচা পোকপগী মাংবদু উক্ত মপা অদুগীদি অঘবৃদ্ধি লৈ, জ্ঞাতিগীদি মাংবদু অঘবৃদ্ধি লৈতে।

**মন্তব্যঃ**—লুহোংখ্রবী নুপীগী মমা মপাদু শিবগী অশৌং অমাংগী বিষয়দা মহা গুরু ওইদে, মরম অদুনা মমা মপা শিবগী মাংবদু লুহোংখ্রবী নুপীদুগীদি অঘবৃদ্ধি লৈত্রে। তৌইগুম্বস্তং লুহোংদ্রিবী নুপী অদুগীদি মমা মপাদু মহাগুরুনি। অদুগা

(১৪) "অঘবৃদ্ধিমত্বন্ত —সপিণ্ডজননাশৌচাপক্ষেযা স্বপুত্রজননা-শৌচস্য সপিণ্ডমরণাপক্ষেয়া মাতৃপিতৃ ভর্তৃমরণাশৌচস্য চ যতঃ স্বপুত্রজননে স্নানাৎ পূর্ব্বাঙ্গাস্পৃশ্যত্বং অন্যত্র তু ( সপিণ্ড জননেতু ) ন তথা, মাতৃ-পিতৃভর্তৃণাং মহাগুরুত্বাৎ তেষাং মরণে দ্বাদশরাত্র মক্ষাবলবনাশনং সপিণ্ডমরণে তু ত্রিরাত্র" মিতি স্মার্ত্তপংক্তে। "ত্রিরাত্র মক্ষাবলবনাশ্নাশিনঃ স্যু র্দ্বাদশরাত্রং মহাগুরবু" ইতি আশ্বালযন:। "জাতে পুত্রে পিতু স্নানং সচেলন্ত বিধীয়তে। মাতা শুধ্য দশাহেন স্নানাত্তু স্পর্শনং পিতু" রিতি সংবর্ত্ত। অত্র "দ্বাদশরাত্র" পদং অশৌচান্ততৃতীয়দিনোপলক্ষণ মিতি কাশিরামঃ "পিতৃমাতৃমরণাশৌচৌ তদশৌচ প্রথমদিনমারভ্য তদবসান-দিনানন্তরদিনদ্বয় পর্য্যন্ত মক্ষাবলবণ মশ্নীয়া" দিতি শুদ্ধিতত্ত্বস্যাস্বানা টীকায়াং।

পোষ্যপুত্রগীদি পোষ্যপুত্র লৌরিবা মপা মমাহু মহাগুরুনি, অপোকপা মমা মপাতুদি মহাগুরু ওইদ্রে (ক)।

## অশৌচ সঙ্কর কৌবা ॥

রজস্বলাশৌচ, ক্ষতাশৌচ, গর্ভস্রাবাশৌচ হাইরিবা অশৌচ অহুম অসিদগী অতোপ্পা অশৌচ অনি অহুম্নচিংবনা মী অমগী মকমদা লৈরবা অদুবু "অশৌচসঙ্কর" কৌই, অর্থাৎ কনাগুম্বা অমা শিবগী মাংলিবা মী অদুদা অমা শিবগী মাংবা অমসুং লাকপা, পোকপা অমগী মাংবা অমসুং লাকপা, মতৌ অসুম্না মী অমগী মকমদা অমাংবা ২।৩ নচিংবা লৈরবা অদুবু অশৌচ সঙ্কর কৌই।

## শিবদা মাংবা হৌগদবা মতম।

শিবদা মাংবা হেক হৌগদবদি—নিরগ্নি ব্রাহ্মণনচিংবনা থরাই হেক লানবা অদুদগী হৌনা মাংগনি ( কলি কাল অসিদদি ব্রাহ্মণনাচিংবা অপুম্বা নিরগ্নি ওাক্তনি হাইনা পাঠক অপুম্বনা নিংশিংবগনি ) (১৫) ॥

## অমুওা ( সুমিং থোকত্রিডৈবা ) পোকপা, শিবগী লৌগদবা নুমিৎ।

নোংদি ওাম্ম হাইনবা নুমিৎতি থোকত্রিবা অদুগী মতমদা

(ক) "ন পিত্রোরাদ্যস্য মহাগুরুত্বং কিন্ত্বগুচকন্যা মহাগুরুত্বং ভবেৎ," রিতি গোস্বামী।

(১৫) "মরণাদেব কর্ত্তব্যং সংযোগো যস্য নাগ্নিনা। দাহাদূর্দ্ধমশৌচং স্যাদ যস্য বৈতানিকো বিধি" রিতি শঙ্খস্মৃতিবচনাৎ।

শিবা, পোকপত্ত অমসুং রজস্বলানচিংবা ওইবত্ত নোংডাল্লে হাইনবা মুমিং অদুদা শিবা পোকপনি হাইনা লৌরোই। মথকথংবা মুমিং অদুদা পোকপা শিবনি হাইনা লৌগনি। (১৬) ॥

*উদাহরণঃ*—নিংথৌকাবগী অহিং মমৈদা (নোংদি ডাল্লে হাইনবা মুমিংতি থোকত্রিবা মতমদুদা) কনাগুম্বা অমা শিরবদি অমসুং পোকলবদি নিংথৌকাবদা শিবা অমসুং পোকপনি হাইনা লৌগনি। লৈবাকপোকপদা শিব পোকপনি হাইনা লৌরোই। মরমত্তুনা লৈবাকপোকপা মুমিংতা শিব, পোকপগী মাংবদু মুমিং নিনি শুরে হাইনা লৌগনি।

*মন্তব্যঃ*—উক্ত নিয়ম অসি লৈবদগী চাবোকপদা ঘড়ী য়েংবগুম্না শিবা মতমদসু চাবোকপদগী হেন্না চেকশিন্না ঘড়ী য়েংবনা চুম্মি, শিবা মতমদু ঘড়ী মুম্না য়েংহৌরবদি উক্ত বিষয়সি করিঅমত্তা চিংনরোই। অদুগা মৃত্যু তিথি লৌবদা পাল্লিবা তিথি অদুনা নোংমা চুপনা পান্দ্রবসু ঘড়ী মুম্না য়েংহৌববদি করি অমত্তা চিংনরোই।

মাংবগী মশিং লৌবা, মীগী চহি মশিং লৌবা, মখোইসি সাবনদিনগী হিসাবতা লৌগনি। মুমিং থোকপা অমদগী মুমিং অমা থোত্রিফাওবগী মতম অদুবু সাবনদিন কৌই। (ক)

---

(১৬) "রাত্রাবেব সমুৎপন্নে মৃতে রজসি সূতকে। পূর্ব্বমেব দিনং গ্রাহ্যং যাবন্নাভ্যুদিতো রবি" রিতি পাবস্করবচনাৎ।

(ক) "সূতকাদি পরিচ্ছেদো দিনমাসাব্দপাস্তথা। মধ্যম গ্রহভুক্তিশ্চ সাবনেন প্রকীর্ত্তিত" ইতি সূর্য্যসিদ্ধান্তাৎ। "আয়ুর্দ্দায়বিভাগশ্চ প্রায়শ্চিত্ত

## *অশৌচ সঙ্কর ওইরবদা (মী অমদা অমাংবা ২, ৩ নচিংবা য়েৎনবদা) গুরু লঘু খাইবা।*

১। মী অমদা লৈররবা মাংবা ২ ৩ ছুগী মনুংদা মতম কুইনা মাংবা অদুনা গুরুনি। (ক)

২। চাপোকপগা অশিবগা মাংবা নুমিৎ মশিং মান্নরবদি অশিবনা গুরুনি। চাবোকপগা অশিবগা মাংবা মশিং মান্নরবাদ মতম কুইনা মাংবনা গুরুনি। (খ)

৩। মাংবা মশিং মান্নবা চাবোকপা ২ ৩ নাচিংব থোক্লবদা অদুগা মাংবা মশিং মান্নবা অশিবা ২।৩ নাচিংবা থোক্লবদা অঘবৃদ্ধি লৈবা মাংবা অদুনা মীছুগী মফমদা গুরুনি। (গ)

৪। নুমিৎ মশিং মান্নবা অশিবগী মাংবা ২ ৩গী মনুংদা মতম কুইনা শোক্লবা য়াদবা মাংবা অদুনা গুরুনি। তৌইগুম্বসুং মাংবা মশিং মান্নবদা—মতম কুইনা শোক্লবা য়াদবা মাংবগা

---

ক্রিয়াস্তথা। সাবনেন তু কর্ত্তব্যা মন্ত্রাণা মপ্যুপাসনা" ইতি মলমাসতত্ত্বে গার্গ্যবচনাৎ। "উদয়াদোদয়াম্ভানো র্ভৌম সাবনবাসবা" ইতি সূর্য্যসিদ্ধান্তাচ্চ।

(ক) "দীর্ঘকালীনাশৌচং স্বল্পকালীনাদ্ গুরু" রিতি শুদ্ধিতত্ত্বে কাশিরামঃ। "সর্ব্বত্র স্বল্পকালীনাশৌচাপেক্ষয়া দীর্ঘকালীনাশৌচস্য গুরুত্বং বোধ্য" মিতি স্মৃতিচিন্তামণিঃ। (খ) "মরণোৎপত্তিযোগে তু গরীয়ো মরণং ভবে" দিতি দেবলস্মৃতিবচনাৎ। "এতৎ বচনস্তু তুল্যকালীনাশৌচ জনকমরণজন ন পরত্ব মবগন্তব্য"মিতি শুদ্ধিতত্ত্বে গোস্বামীঃ।

(গ) "মহাগুরুনিপাতজাশৌচস্য গুরুত্ব" মিতি শুদ্ধিতত্ত্বে গোস্বামীঃ; তথাত্বে স্বপুত্রজননাশৌচস্যাপি সপিণ্ডজননাশৌচমপেক্ষ্য গুরুত্বং যুক্তিনা সিদ্ধমেব।

অঘবৃদ্ধি লৈবা শিবগী মাংবগদি মান্নে (সমানাশৌচনি)। (ঘ)

**মশিং ৪শুবগী উদাহরণ** নোমগী মুমিত্ত' পূর্ণাশৌচ ভাক্তা অনি শিরবদি অমসুং খণ্ডাশৌচ ভাক্তা অনি শিরবদি শিরিবা অতুগী য়ুমশেংবা কাওবা মীগা শোক্ক শন্নবা য়াদে (যাবদশৌচং অঙ্গাস্পৃশ্যত্বং) (ঙ)

মা'বা মুমিং মান্নবদা— কন'গুম্বা জ্ঞাতি অমা শিবগী মাংবগা নোংমগী মুমির্ত্তা অনি শিবগী মাংবগা য়েংনবদ অনি শিবগী মাংবা অতুনা গুরুনি।

তৌইগুম্বুং নোংমগী মুমিত্ত' অনি শিবগী মাংবদু মহাগুরু শিবগী মাংবগ য়েংনবদদি গুরু ওইদে, মরমতুনা চপমান্নে (সমানাশৌচ ওই)।

---

(ঘ) "স্নানমাত্রাপনেয়ঙ্গাস্পৃশ্যত্বযুক্ত ত্রিরাত্রৈকরাত্রাঙ্গাস্পৃশ্যত্ব যুক্ত ত্রিরাত্রেণ গুরুণৈব শুদ্ধি" রিতি স্মার্ত্তপংক্ত্যা অধিককালাঙ্গস্পৃশ্যত্বযুক্তাশৌচস্য গুরুত্ব মিতি প্রতিপাদিতমিতি ভাব্যং। কিন্তু অত্র বৃদ্ধিজন্মাশৌচস্য যাবদশৌচাঙ্গাস্পৃশ্যত্বমপেক্ষ্য সমানত্বং, "যাবদশৌচাঙ্গাস্পৃশ্যত্ব দ্বাদশরাত্রাক্ষারলবনান্নশনযো স্তুল্যত্বা" দিতি কাশিরামঃ।

(ঙ) "মরণং যদি তুল্যং স্যাম্মরণেন কথঞ্চন। অস্পৃশ্যত্ব ভবেদ্ গোত্রং সর্ব্বমেব সবান্ধব" মিতি আদিপুরাণাৎ অত্র "তুল্য" মিতি অভিন্নদিনতয়া দশরাত্র্যাদিব্যাপিতয়া চ সমান" মিতি স্মার্ত্ত। সবান্ধব মিত্যনেন একস্মিন্ দিনে তুল্যকালীনখণ্ডমরণাশৌচদ্বয় পাতে ভিন্নগোত্রস্যাপি ভাগিনেয়াদে র্যাবদশৌচ মস্পৃশ্যত্বং বোধ্য' মিতি কাশিরামটীকায়াং।

## অশৌচ সঙ্করগী ফল অমসুং বিচার ॥

মী অমদা মাংবা ২, ৩ নাচিংবা য়েৎনদুনা লৈরবদা (অশৌচ সঙ্কর ওইরবদা) ঋষিশিংগী বচন মতুংইন্না অশৌচ ২, ৩না, চিংবদুগী মমুংদা অশৌচ অমনা তেনসিন্বা অদুগা অশৌচ অমনা সাংদোকপা অসুম্বা ফল অসি ওইগনি। উক্ত ফল অসিদা (অমাংবা অমনা তেনসনবা, অমাংবা অমনা সাংদোকপা ফল অসিদা) করিগুম্বা মফমদা মাংলিবা জ্ঞাতি অপুম্বগী চপগান্নন। ওইদুনা চপমান্নবা নোংমতদা শেংবসু য়াওগনি। অদুগা করিগুম্বা মফম অমদন থরনা মাংদুনা লৈহোবা, থরনা শেংথিদুনা বৈদিক কর্ম্মগী অধিকার ওইথিবা অসিগুম্বা মওং অসি য়াওগনি।

মরংদুনা অশৌচ সঙ্কর ওইরবদা গুরু লঘু খাইবদু মুন্না বিচার তৌদুনা খাইগনি, করিনা হাইববু অশৌচদা গুরু লঘু খাইবসি করিগুম্বা কালদা জ্ঞাতি পুন্নমক্কী মফমদা চপমান্নন। ওই, অদুগা করিগুম্বা কাল অমদনা চপ মান্নদে, মী অমগী মফমদা গুরু ওইবা অশৌচদু মা নত্তবা মী অমগী মফমদদি লঘু ওই।

(উঃ—কনাগুম্বা অমগী মপা শিবগী মাংবদু, মচাদুগী মফমদা গুরু ওই, মচা নত্তবা জ্ঞাতিদদি গুরু ওইদে)।

অশৌচ সঙ্কর ওইরবদা মী মী অদুনা অশৌচ অমনা মুম্বিং শুনা গাংবা, অশৌচ অমনা সাংথবা, অশৌচ অমনা তেনসিনবা অসিনাচিংবগী দমক প্রমাণ তৌরিবা ঋষিগী বচনসিং অদু মী মী অদুগী মফমদা বিশেষ সামন্য খাইনা মুন্না বিচার তৌগনি।

অশৌচ সঙ্কর ওইরবদা অহানবগী ইন্দুনা শেংবা, অকোনবগী ইন্দুনা শেংবা প্রমাণ অনি অদু, মী অমগী মফমদা চংলবদি বিশেষ সামন্য থাইদোক্লগা বিশেষ ওইবা প্রমাণনা সামন্য ওইবা প্রমাণবু পলহনগনি হাইবসি পাঠক অপুম্বনা মুন্না নিংশিংবিগনি।

*উদাহরণঃ* - জ্ঞাতি অমা শিবগী মাংবা অদুগী পূর্ব্বার্দ্ধগী মনুংদা ( ব্রাহ্মণগীনা মাংবা কুমিৎ ৫নি শুবা ফাওবগী মনুংদা, ক্ষত্রিয়গীনা মাংবদু মুমিৎ ৬নি শুবা ফাওবগী মনুংদা ) কনাগুম্বা অমগী মপা নত্রগা মমা শিরবদি মমা, মপা শিরিবা মচাশিং অদুগী মফমদদি-জ্ঞাতি শিবগী মাংবদু লঘুনি, মমা মপা শিবগী মাংবদুনা গুরুনি, মরমদুনা উক্ত মচাশিং অদু "অঘানাং যৌগপদ্যেতু জ্ঞেয়া শুদ্ধির্গরীয়সা" হাইব দেবলগী প্রমাণ মতুংইন্না গুরুদা ইন্দুনা শেংবা তাই, অর্থাৎ অকোনবদা ইন্দুনা শেংবা তাই। অদুগা, "সমানাশৌচং প্রথমে প্রথমেন সমাপয়েৎ" অঘবৃদ্ধিমদাশৌচমূর্দ্ধং চেত্তেন শুধ্যতি অথ চেৎ পঞ্চমীং রাত্রি মতীত্য পরতো ভবেৎ। অঘবৃদ্ধি মদাশৌচং তদা পূর্ব্বেণ শুধ্যতি" হাইবা শঙ্খনাচিংবগী প্রমাণ মতুংইন্না মমা মপা শিবগী মাংবদু অহানবগীদা ইন্দুনা শেংবা তাই। উক্ত প্রমাণ অনি অসি উক্ত মচাশিং অদুগী মফমদা চংলবদা অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি হাইবা শঙ্খগী প্রমাণ অদু বিশেষ ওইবদগী ( গুরু ওইদুনসু অহানবগী পূর্ব্বার্দ্ধগী মনুংদা থোক্লবদি অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি হাইনা তাকপনা বিশেষ ওইবদগী ) দেবলগী বচনদু সামন্য ওইবনা, অহানবগীদা ইন্দুনা শেংলগনি। মতৌ অসিগুম্বা অতৈদসু বিচার তৌগনি।

## মুমিং শুনা মাংলবা অশিবা অনিগী সঙ্কর।

### *অমা শিবগী মাংলিডৈদা অমা শিরকপা।*

মুমিং শুনা মাংলব জাতি শিবা অমগী য়ুমশেংগদব নোংমা রাংলিডৈ ফাওবগী মনুংদা মুমিং শুনা মাংলগদবা জাতি অমমুক শিরক্লবদি জাতি গপুম্বা অহানবগীদা ইন্দুনা অকোনবগী মাংবদুমু অতুমক শেংলগনি। শ্রাদ্ধ অনি অতু অহানবগী য়ুমশেংবা মতুং নোড়ানবদা শোনগনি। (১)

(১) অহানবা শিবগীদা ইন্দুনা অকোনবা শিবগী মাংবতু শেংগনি হাইবা অসিগী বিষয়দা ঋষিশী বচন কয়ামুক্তা প্রমাণ তৌরি—

মনুঃ—"অন্তর্দ্দশাহে স্যাতাং চেৎ পুনর্ম্মরণজন্মনী। তাবৎ স্যাদশুচি বিপ্রো যাবৎ তৎ স্যাদনির্দ্দশং"॥

পরাশর—"অন্তরা তু দশাহস্য পুনর্ম্মরণজন্মনী। তাবৎ স্যাদশুচি বিপ্রো যাবৎ পূর্ব্বং ন গচ্ছতি"॥

দক্ষঃ—"মৃতকান্তে মৃতো যস্তু সূতকান্তে চ সূতকং। এতৎ সংহতাশৌচানাং পূর্ব্বাশৌচেন শুধ্যতি"॥

যাজ্ঞবল্ক্য—"অন্তরা জন্মমরণে শেষাহোভি বিশুধ্যতি"।

লঘুহারীতঃ—"সমানং লঘু চাশৌচং পূর্ব্বেনৈব বিশুধ্যতি"॥

বিষ্ণুঃ—"জননাশৌচমধ্যে তু যদ্যপরং জননং স্যাৎ তদা পূর্ব্বাশৌচব্যপগমে শুদ্ধিঃ। রাত্রিশেষে দিনদ্বয়েন প্রভাতে দিনত্রয়েণ মরণাশৌচমধ্যে জাতি মরণেহপ্যেবং"॥

বৃদ্ধমনুঃ—"শাবস্যোপরি শাবে তু সূতকোপরি সূতকে। শেষাহোভি বিশুদ্ধিঃ স্যাদুদক্যাং সূতিকাং বিনা"॥

অহুগা অহানবগী য়ুমশেংবা নুমিংতা শিবা থোক্লবদি য়ুমশেংবা নুমিৎ অহুদগী নুমিংনিনি চোম্থদুনা মাংলগা শেংগনি। অর্থাৎ ব্রাহ্মণগীনা নুমিৎ ১২নিদা, ক্ষত্রিয়গীনা নুমিৎ ১৪নিদা বৈশ্যগীনা নুমিৎ ১৭নিদা শেংলগা নোংভাল্লগা শিরিবা অনি অহুগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। (২)

অহুগা অহানবগী শ্রাদ্ধ নুমিংকী অয়ুক্তা ( অরুণোদয়দি ওইরগা নুমিত্তি থোক্লিঁউগী মনুংদা ) অম শিররবদি শ্রাদ্ধ নুমিৎ অহুগা থানা নুমিৎ ওনি মাংথরগা শেংগনি অর্থাৎ ব্রাহ্মণগী নুমিৎ ১৩নিদ, ক্ষত্রিয়গী নুমিৎ ১৫নিদা শেংলগা নোংউনবদা শিরিবা অনিহুগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। (৩)

***মন্তব্যঃ***— অহানবগী য়ুমশেংবা নুমিংতা অংসুং শ্রাদ্ধ নুমিৎকী অয়ুক্তা ( নুমিৎ থোক্লিঁউদা ) অমযুক শিরবদি নুমিৎ নিনি, হুমনি চেম্থনা মাংগনি ওাইবসি- অংনবা শিবগী মাংবগা য়ুমশেংবা নুমিংতা শিবগী মাংবগা চাযাল্লগদবা মীহুগী মংমদদা

বৌধায়ণঃ— "অথ চেদ্দশরাত্রাঃ সন্নিপতেযু রাদ্যদশরাত্র মানবস্থিংসাং। রাত্রিশেষে দিনদ্বয়েন প্রভাতে চ দিনত্রয়েণ"।

দেবলঃ—"পুনঃ পাতে দশাহাৎ প্রাক্ পুর্ব্বেণ সহ গচ্ছতি"॥

যমঃ—"জননে জননং চেৎ স্যান্মরণে মরণং তথা। পুর্ব্বশেষেণ শুদ্ধিঃ স্যাৎ"॥

(২) (৩) "রাত্রি শেষে দিনদ্বয়েন প্রভাতে দিনত্রয়েণ" ইতি বিষ্ণু বৌধায়ণ বচনাৎ "দশমেহহ্নি পতেদ্ যস্যাহদ্বয়াৎ স বিশুধ্যতি প্রভাতে তু ত্রিরাত্রেণ দশরাত্রেষয়ং বিধি" রিতি নির্ণয়সিন্ধো দেবলবচনাচ্চ।

ওইগদবনি। মান্নদবা ( মাংবদু গুরু লঘু লৈবা ) মীতুগী মফমদদি ওইরোই ( মীতুদা মাংবা অমনা গুরু ওইবা, মাংবা অমনা লঘু ওইবা অদুগুম্বা মীতুগী মফমদদি ওইরোই। (ক)

উক্ত অশৌচ অনি অদু গুরু লঘু লৈবা মী অদুগীদি গুরুগী মতুংইন্না লঘু অশৌচদু অদুম শেংগনি, অর্থাৎ অহানবা শিবদু গুরু ওইরবদ গুরু অশৌচ ভোগী ওইবা মী অদুদি নুমিৎ নিনি হুমনি চোংনা মাংলরোই তৌইগুবম্বুং অদুম শেংলগা নোংগাল্লগা অহানবগী শ্রাদ্ধ অদুম শোল্লগনি। অদুগা অকোনবা শিবদু ( যুগশেংবা নুমিত্তা শিবদু ) মহাগুরু ওইরবদি মহাগুরু শিবা নুমিত্তগী হৌনা মচাশিং অদুদি নুমিৎ শুনা মাংথগনি। উক্ত হেন্ডিং অসিগী ব্যবস্থা অসি অশৌচ অনিদু চপমান্নবা মী মীতুগী মফমদদা ওইগদবনি।

## *অহানবা শিবা মাংবগী অহানবা তংখাই মনুংদা মহাগুরু শিবা।*

নুমিৎ শুরবা অশিবা অমগী মাংবদুগী অহানবা তংখাই মনুংদা ( পূর্ব্বার্দ্ধে ) (ব্রাহ্মণগীনা মাংবা নুমিৎ ৫ নি শুবা ফাওবগী মনুংদা, ক্ষত্রিয়গীনা মাংবা নুমিৎ ৬ নি শুবা ফাওবগী মনুংদা) মপা, মমা, মপুরোইবা মখোই অসিগী মনুংদগী অমা শিবরুদি

(ক) জ্ঞাতিমরণাশৌচাপেক্ষয়া পিতৃমরণাশৌচস্য অঘবৃদ্ধিমত্বেন তস্য ন দিনদ্বয়াদিবৃদ্ধিঃ, তস্যাঃ ( দিনদ্বয়াদিবৃদ্ধ্যাঃ ) সমানাশৌচ বিষয়কত্ব মিতি কাশিরামঃ।

মচাশিং অহু অহানবা শিবগীদা ইন্দুনা মমা, মপা, মপুরোইবা শিবগী মাংবহু অহুমক শেংলগনি। জ্ঞাতিস্থু ১৭ পৃষ্ঠাগী প্রমাণ মতুংইন্না অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। (৪) ( অহানবগী য়ুমশেংবা মুমিত্তা—মপা মমা শিবগী মাংবহু মচাশিংহুস্থু জ্ঞাতিস্থু অহুম শেংলগা নোংঙাংল্লগা অহানবগী শ্রাদ্ধ, মপা মমাগী শ্রাদ্ধ, শ্রাদ্ধ অনিহু অহুমক শোল্লগনি )

## *অহানবা শিবা মাংবগী অকোনবা তংখাই মনুংদা মহাগুরু শিবা।*

মুমিং শুরব অশিবা অমগী মাংবহুগী অকোনবা তংখাইগী মনুংদা ( ব্রাহ্মণগীদা মাংবহু মুমিং ৬নি শুবদগীনা য়ুমশেংফাওবগী মনুংদ, ক্ষত্রিয়গীনা ৭নি শুবদগীনা য়ুমশেংবা ফাওবগী মনুংদা) মপা, মমা মমপুরোইবা মথোইসিগী মনুংদগী অমা শিরক্লবদ উক্ত মপা নল্লগা মমা শিরিবা মচাশিং অহুদি অদুগা মপুরোইবা শিরিবা মুপী অহুদি অহানবগীদা ইন্দুনা শেংলরোই, তৌই হুস্বস্থুং মপা মমা

(৪) সংপূর্ণমৃতাশৌচস্থ পুর্ব্বার্দ্ধে অঘবৃদ্ধিমদাশৌচ সংপাতে “সমানা শৌচং প্রথমে প্রথমেনসমাপয়েৎ। অসমানং দ্বিতীয়েন ধর্ম্মরাজবচো যথা” ইতি শঙ্খস্মৃতিবচনাৎ, “অঘবৃদ্ধিমদাশৌচ মূর্দ্ধশ্চেত্তেন শুধ্যতি। অথ চেৎ পঞ্চমীং রাত্রি মতীত্য পরতো ভবেৎ। অঘবৃদ্ধি মদাশৌচং তদা পুর্ব্বেণ শুধ্যতি” ইতি কুর্ম্মপুরাণবচনাৎ, “পরতঃ পরতঃ শুদ্ধি রঘবৃদ্ধৌ বিধীয়তে, স্যাচ্চেৎ পঞ্চতমাদহ্নঃ পুর্ব্বেণৈবাত্র শিষ্যতে” ইতি দেবলস্মৃতিবচনাচ্চ পুত্রাদীনাং পুর্ব্বশেষেণ শুদ্ধিঃ স্যাৎ। জ্ঞাতিনাঞ্চ “অন্তর্দশাহে স্যাতাং………” ইত্যাদি পুর্ব্বোক্তমনুপরাশরাদি বচনাৎ পুর্ব্বশেষেণৈব শুদ্ধিঃ।

শিবা মুমিং অতুরগী হোনা মাগী মাগী জাতিগী মাংগদবা মুমিৎ মশিংদু শুনা মাংথগনি। অদুগা মচাদগী অতোপ্পা জ্ঞাতিদি "অমশিবগী মাংলিঙৈদা অমা শিরকপা" হাইবা হেডিংগী ব্যবস্থা মতু'ইন্না অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। (৫)

উক্ত পরার্দ্ধদা শিবসি করিগুম্বা য়ুগশেংবা মুমিৎতা নত্রগা শ্রাদ্ধ মুমিংকী অযুক্তা (মুমিং থোক্তিবৈদা) শিবা ওইরবদি ১৮ পৃষ্ঠা গী "মন্তব্য" মুন্না পাদুনা ব্যবস্থা তৌগনি।

## *মী অমগী মহাগুরু শিরিঙৈদা মীদুমকী মহাগুরু অমা শিরকপা।*

মহাকী (ক, গী) মপা শিবগী য়ুম শেংগদবা নোংমা রাংলিঙৈ ফাওবগী মনুংদা মহাকৃমকী (ক, দুমকী) মমা শিবরুবদি, নত্রগা (অথবা) ক,গী মমা শিবগী য়ুম শেংগদবা নোংমা রাংলিঙৈদা ক, দুমকী মপা শিররুবদি মপা মমা শিরিবা মচাশিংসু জ্ঞাতিসু অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি।

অদুগা মহাকী (ক,গী) মমা নত্রগা মপা শিবগী য়ুমশেংবা

(৫) "পূর্ণমৃতাশৌচস্য পরার্দ্ধে মহাগুরুমরণং চেৎ পুত্রাণাং অবৃদ্ধি মদাশৌচমূর্দ্ধক্ষেত্রেন শুধ্যতী"তি কুর্ম্মপুরাণবচনাৎ "পরতঃ পরতঃ শুদ্ধিংঘরদ্ধৌ বিধীযতে" ইতি দেবলস্মৃতিবচনাৎ "অঘানাং যৌগপদ্যেতু শুদ্ধির্জ্ঞেয়া গরীয়সা' ইতি তাদৃশদেবলস্মৃতি বচনাচ্চ স্বমহাগুরুমরণ-দিনাদারভ্য স্বজাত্যুক্ত পূর্ণাশৌচং স্যাৎ,জ্ঞাতীনাস্তু তয়োরশৌচয়োঃ সমান-ত্বাৎ "অন্তর্দ্দশাহে স্যাতাং"...ইত্যাদি মন্বাদিবচনাৎ পূর্ব্বেণ শুদ্ধিঃ স্যাৎ

নুমিতা মহাকমক্কী (ক,তুমক্কী) মপা নত্রগা মগা শিবরুবদি মচা-শিংসু জ্ঞাতিসু নুমিৎ নিনি চোম্বনা মাংগনি। অতুগা শ্রাদ্ধ নুমিংকী অয়ুক্তা (নুমিৎ থোক্তি বৈদ) শিবা ওইবগা নুমিৎ ৩নি চোম্বনা মচাশিংসু জ্ঞাতিসু মাংগনি। (নুমিৎ ২নি নুমিৎ ৩নি চোম্বনা মাংলগা নোংজানবদা মমা মপাগী শ্রাদ্ধ শেননগনি) (৬)

## *মীদুগী মহাগুরু শিরিবৈঙদা মীদুগী মহাগুরু নৎতবা শিরকপা।*

কনাগুম্বা অমগী (ক, গী) মমা নত্রগা মপা শিবগী খুম শেংবা নুমিৎ ফাওবগী মনুংদা (শ্রাদ্ধ নুমিৎকী নুমিং থো, রু-বক্কাওবগী মনুংদা) মহাক্কী (ক.তুগী) মহাগুরু নত্তবা (মচা, মগু, জাতি অসিনাসিংবা) শিররুবদি মমা নত্রগা মপা শিবিবা মতুংদ (ক, দি) মমাগীদা তমস্থং মপাগীদা ইন্দুনা অতুমক শেংলগনি, অমুক মাংথররেই। (৭)

---

(৬) স্বমহাগুরুমরণাশৌচস্যান্ত্যদিনাভ্যন্তরে স্বমহাগুরান্তরমরণে চেৎ পুত্রাণাং ভ্রাতৄণাঞ্চ তয়োরশৌচয়োঃ সমানত্বাৎ "সমানং লঘ্বাশৌচং পূর্ব্বেণৈব বিশুধ্যতি" ইত্যাদি বচনানুসারেণ পূর্ব্বেণৈব শুদ্ধিঃ স্যাৎ। তথাচ শুদ্ধিতত্ত্বে গোস্বামীঃ—"মহাগুরুনিপাতজোত্তরং যদশৌচমন্যমহাগুরুনিপাতজমশৌচং চেৎ তদা পূর্ব্বেণ শুধ্যতী"তি। অপিচ স্বমহাগুরুমরণাশৌচান্তদিনে তৎ প্রভাতে চ স্বমহাগুরুমরণং চেৎ পুত্রাণাং ভ্রাতৄণাঞ্চ তয়োরশৌচয়োঃ সমানত্বাৎ "রাত্রিশেষে দিনদ্বয়েন প্রভাতে দিনত্রয়েণে"তি বিষ্ণুবচনাৎ দিনদ্বয়াদিবৃদ্ধিঃ স্যাৎ।

(৭) স্বমহাগুরু মরণাশৌচমধ্যে মহাগুরুভিন্নসপিণ্ডমরণে মৃতমহা-

শাগৈস্থ অকোনবা শিবা অহুনা অহানবগী য়ুম শেংগদবা নোংমা রাংলিংউ ফাওবগী মনুংদা শিবা ওইরবদি অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। অহুগা য়ুমশেংবা মুমিৎতা শিবা ওইরগা মুমিৎ নিনি চোম্থনা মাংখহৌগনি। শ্রাদ্ধ মুমিংকী অয়ুক্ত (মুমিৎ থোক্লিংউদা) শিবা ওইরগা মুমিৎ ৩নি চোম্থনা মাংখহৌগনি।

তৌইগুম্বসুং অকোনবা শিবদু কনাগুম্বা অমগী মপা মমা ওইরবদি মচাশিং অহুনীদি, " "অহানবা শিবগী অহানবা তংখাই মনুংদ মহাগুরু শিবা" 'অহানবা শিবা মাংবগী অকোনব. তংখাই মনুংদা মহাগুরু শিবা" হাইবা হেডিং ২ সি য়েংদুনা ব্যবস্থা তৌগনি।

# মুমিৎ শুরবা অশিবা ময়ামগী সঙ্কর।

## *অমা শিবগী মাংলিংউদা অনি অহুম্মাচিংবা শিরকপা।*

মুমিৎ শুরগা অশিবা অমগী (ক, শিবগী) য়ুম শেংগদবা নোংমা রাংলিংউ ফাওবগী মনুংদা মুমিৎ শুনা মাংগদবা মহাগুরু নত্তব জ্ঞাতি অনি, অহুম্মা চিবা মুমিৎ তোঙান তোঙম্না শিরক্লবদি ইহান হানবগীদা ইন্দুনা (ক. গীদা ইন্দুনা) শেংগনি। অর্থাৎ— ক. শিবগী মুমিৎ মশিং শুবা মুমিত্তা অকোনবা শিবশিং

---

গুরুকানাং স্বনহাগুরুমরণাশৌচেন শুদ্ধিঃ মহাগুরুমরণাশৌচস্য গুরুত্বাৎ "অঘানাং যৌগপদ্যে তু জ্ঞেয়া শুদ্ধির্গরীয়সা" ইতি দেবলবচনাৎ "গুরুণা লঘু শুধ্যেত্তু লঘুনা নৈব তদ্গুরু" রিতি নির্ণয় সিন্ধো হারীতবচনাচ্চ।

অদুগী মাংবা অদু অদুমক শেংলগনি, নোংঙাল্লগা শিবা ময়ামদুগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। (১)

অদুগা নুমিং তোঙান তোঙানবশিং অদুগী মনুংদা কনাগুম্বা অমদি য়ুম শেংবা নুমিৎত (ক, গী য়ুম শেংবা নুমিংতা) শিবা ওইরবদি জ্ঞাতি অপুম্বা নুমিং নিনি চোম্থনা মাংগনি। শ্রাদ্ধগী অয়ুক্তা (ক, গী, শ্রাদ্ধ নুমিৎকী নুমিং পোক্তিবৈদা) শিশ ওইরগা নুমিৎ হুমনি চোম্থনা মাংগনি। নুমিৎ ২।৩নি চোম্থনা মাংলগা নোংঙানবা শুদ্ধদিন অদুদা শিরিবা ময়ামদুগী (ক, নাচিংবদুগী) শ্রদ্ধ শোনগনি। তৌই গুম্বসুং অহানবা শিবদু (ক, শিবদু,) কনাগুম্বা অমগী মহাগুরু ওইরবদি, অদুগী মচাশিংদি উক্ত নুমিৎ ২।৩নি চোম্থনা মাংবদু তৌরোই। (নুমিং চোম্থনা মাংথরোই) মহাগুরুদা ইন্দুনা শেংগনি, মরমদুনা নোংঙানবদা মহাগুরুগীদি (ক, গীদি) শ্রাদ্ধ অদুমক শোল্লগনি। (ক)

---

(১) প্রথমমৃতাশৌচস্যোপান্ত্যদিনাভ্যন্তরপাতিভিন্নদিনমরণনিমিত্তক তৎসমানলঘ্বশৌচানাং প্রথমাশৌচেনৈব শুদ্ধিঃ স্যাৎ—"সমানংলঘ্বশৌচং পুর্ব্বেণৈব বিশুধ্যতী" ত্যাদি বচনাৎ।

(ক) প্রথমাশৌচস্য শেষদিনে প্রভাতে চ তৎসমানলঘ্বশৌচং চেৎ "রাত্রিশেষে দিনদ্বয়েন প্রভাতে দিনত্রয়েণ" ইত্যাদি বচনাৎ দিনদ্বয়ত্রয়-বৃদ্ধিঃ স্যাৎ। কিঞ্চ যদি প্রথমমৃতো মহাগুরুঃ স্যাৎ তদা তৎ পুত্রাদীনাং তেষাং অশৌচানাং অসমানত্বাৎ "অঘানাং যৌগপদ্যে তু জ্ঞেয়া শুদ্ধির্গরীয়সা" ইতি বচনাৎ মহাগুর্ব্বশৌচেন শুদ্ধিঃ নতু দিনদ্বয়াদি বৃদ্ধি রিতি ভাব্যং।

## *ইহান হানবা শিব মাংবগী অহানবা তংখাইদা মহাগুরুময়াম শিবা।*

ইহান হানবা নুমিৎ শুরবা অশিবা অমগী মাংবদুগী অহানবা তংখাইগী মনুংদা (ব্রাহ্মণগীনা মাংবা নুমিৎ ৫নি শুবা ফাওবগী মনুংদা, ক্ষত্রিয়গীনা মাংবা নুমিৎ ৬নি শুবা ফাওবগী মনুংদা) নোংমগী নুমিত্তুদি নত্তনা নুমিৎ মথং ২ ওইনা কনাগুম্বা অমগী (চ, গী মপা,) কনাগুম্বা অমগী (ছ,গী) মমা, কনাগুম্বা অমগী মপুরোইবা শিরক্লবদি অদুগা নিপা অংতুগী (জ,গী) মপা মমা শিবা ওইরবসু মপা মমা মপুরোইবা শিরিবা মচানা চিংবদু (চ ছ, জ, মখোইদু) অহানবগীদা ইন্দুনা অদুমক শেংলগনি। (২) জ্ঞাতিসু "অমা শিবগী মাংলিউগা ২'৩ না চিংবা শিরকপা" হাইবা হেডিংগী মতুং ইন্না অহানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। (অহানবগী শ্রাদ্ধ নুমিত্তা অকোনবা শিবা ময়ামদুগী শ্রাদ্ধসু অদুমক শোল্লগনি।

## *ইহান হানবা শিবা মাংবগী অকোনবা তংখাইদা মহাগুরু ময়াম শিবা।*

ইহান হানবা শিবগী মাংবদুগী অকোনবা তংখাইগী মনুংদা (ব্রাহ্মণগীনা মাংবদু নুমিৎ ৬নি শুবদগীনা য়ুমশেংবা ফাওবগী

(২) প্রথমাশৌচস্য পূর্ব্বার্দ্ধে ভিন্নদিনতয়া ক্রমশঃ মহাগুরু মরণং স্যাৎ তদা মৃতমহাগুরুকাণাং পুত্রাদীনাং "সমানাশৌচং প্রথমে প্রথমেন সমাপয়েৎ" ইতি শঙ্খস্মৃতিবচনাৎ, "অবরুদ্ধিমদাশৌচমূর্দ্ধঞ্চেত্তেন শুধ্যতি। অথচেৎ পঞ্চমীং রাত্রিমতীত্য পরতো ভবেৎ। অবরুদ্ধিমদাশৌচং তদা

মহুংদা, ক্ষত্রিয়গীনা মাংব নুমিৎ ৭নি শুবদগীনা য়ুমশেংবা ফাওবগী মহুংদা) কনাগুম্বা অমগী (ক, গী) মপা, কনাগুম্বা অমগী (খ,গী) মমা, কনাগুম্বা অমগী (গ. গী) মপুরোইবা, নুমিৎ মথঃ ২ ওইনা শিরক্লবদি, মপা মমা শিরিবা মথোইদি (ক, খ, গ, মথোইদি) মাগী ২ মপা মমা শিবা নুমিৎ নুমিৎ অতুদগী হোনা মাগী মাগী জাতিগী মাংবা মশিং অতু শুনা মাংথগনি। (৩)

অতুগা শাগৈদি "অমা শিবগী মাংলিঙৈদা অনি অহুম্না চিংবা শিরক্প" হাইবা হেডিংগী মতুংইন্না ইহান হানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। অতুগা অকোনবা তংথাইগী মনুংদা শিবতু য়ুমশেংবা নুমিৎতা নত্রগা শ্রাদ্ধগী অয়ুক্তা (নুমিৎ থোক্তিংঙৈদা) শিবা য়াওরবদি নুমিৎ ২নি, ৩নি চোন্থনা মাংগনি। (য়ুমশেংবা নুমিত্তা শিরগা নুমিৎ ২নি চোন্থনা, অয়ুক্ত শিবগ নুমিৎ ৩নি চোন্থনা

---

পূর্ব্বেণ শুধ্যতী"তি কুর্ম্মপুরাণবচনাচ্চ "পরতঃ পরত শুদ্ধি বমরান্ধৌ বিনা-য়তে। স্যাচ্চেৎ পঞ্চতমাদহ্নঃ পূর্ব্বেণৈবাত্র শিষ্যতে"ইতি দেবলস্মৃতিবচনাচ্চ পূর্ব্বাশৌচেন শুদ্ধিঃ।

(৩) প্রথমাশৌচস্য পরার্দ্ধে অনেক মহাগুরুমরণং চেৎ মৃতমহাগুরুকাণাং পুত্রাদীনাং স্বস্ব মহাগুরু মরণদিনাদারভ্য সংপূর্ণাশৌচং স্যাৎ। "পরতঃ পরতঃ শুদ্ধি বযরন্ধৌ বিধীয়তে" ইতি দেবলবচনাৎ। "পূর্ব্বপরার্দ্ধ মৃতপিতৃকয়ো দ্বিতীয়াশৌচ নিবৃত্তিকাল এব শুদ্ধী"তি স্মার্ত্তঃ "মৃতপিতৃকয়ো" রিতি দ্বিবচনমুপলক্ষণং পূর্ব্বাশৌচ পরার্দ্ধ মৃতপিতৃকাণামিত্যর্থ" ইতি "দ্বিতীয়াশৌচনিবৃত্তিকাল এবে"তি স্বস্ব পিতৃমরণাশৌচকালেনৈব" ইতি গোস্বামীঃ।

মাংগনি।) তৌইগুম্বসুং ইহান্ হান্‌বা শিবদু মহাগুরু ওইরবদি মচাশিং অদুদি নুমিং ২।৩ নি চোম্বনা মাংলোই, অদুমক শেংলগনি।

**মন্তব্যঃ**—অহানবা শিবা মাংবগী অকোনবা তংখাইদা মহাগুরু ময়াম শিবসিগী বিষয়দা মী অমত্তগী মহাগুরু অনি নুমিং তোঙান তোঙান্না শিরবদি (নোংমা ক,গী মপা শিবা, নোংমা ক, ডুমক্কী মমা শিরবদি) অকোনবদা শিবা মহাগুরুগী মাংবা অদু অহানবা শিবা মহাগুরুগী মাংবদুগী মখাপোনবদগী অহানবা শিবা মহাগুরুগী শেংবা নুমিত্তা অকোনবা শিবা মহাগুরুগী মাংবদু অদুমক শেংলগনি।

### *ইহান হান্‌বা শিবগী অহানবা তংখাইদা মহাগুরু শিরগা অকোনবা তংখাইদা মহাগুরু অমমুক শিরকপা।*

ইহান হানবা শাগি অমা শিবা মাংবগী অহানবা তংখাইগী মনুংদা নিপা অমগী ( ক,গী ) মহাগুরু অমা শিরগা অকোনবা তংখাইগী মনুংদা উক্ত নিপাডুমক্কী (ক, ডুমক্কী) মহাগুরু অমমুক শিরক্লবদি মচাশিং অদুদি (ক, দি) অকোনবা মহাগুরু শিবা নুমিং অহুদগী হৌনা নুমিং মশিং শুনা মাংথগনি। অকোনবা মহাগুরুগী মাংবদু শেংলগা মহাগুরু অনিদুগী শ্রাদ্ধ শোনগনি। (৪)

(৪) সপিণ্ডমরণাশৌচস্য পূর্ব্বার্দ্ধে স্বমহাগুরুমরণং পরার্দ্ধে চ স্বমহাগুরুমরণং চেৎ মৃতমহাগুরুকাণাং পুত্রাণাং প্রথমমহাগুরুমরণাশৌচস্য পূর্ব্বাশৌচ পূর্ব্বার্দ্ধ পাতেন পূর্ব্বাশৌচনাশ্যত্বাৎ দ্বিতীয় মহাগুরুমরণা-

জ্ঞাতিদি "অমা শিবগী মাংলিঙৈদা অনি অহুম্নচিংবা শিরকপা" হাইবা হেডিংগী মতুংইন্না ইহান হানবগীদা ইন্দুনা শেংগনি। য়ুমশেংবা নুমিত্তা শিবা ওইরগা নুমিৎ নিনি চোম্থনা মাংগনি। অহানবগী শ্রাদ্ধগী অয়ুক্তা (নুমিৎ থোক্তিবৈদা) শিবা ওইরগা নুমিং ৩নি চোম্থনা মাংগনি, তৌইগুম্বসুং অহানবা শিবদু মহাগুরু ওইরবদি মচাশিংদি উক্ত নুমিৎ ২।৩ নি চোম্থবসি তৌরোই, অতুমক শেংলগনি। *

***শিবা মাংবগী পূর্ব্বার্দ্ধদা মী অমগী মহাগুরু শিবা পরার্দ্ধদা মী অমগী মহাগুরু শিবা।***

ইহান হান্না শিবা মাংবগী অহানবা তংথাইগী মনুংদা মী অমগী (ক,গী) মহাগুরু শিরগা অকোনবা তংথাইগী মনুংদা অতোপ্পা মী অমগী (খ, গী) মহাগুরু শিরক্লবদি পূর্ব্বার্দ্ধগী মনুংদা (অহানবা তংথাইগী মনুংদা) মহাগুরু শিবা মচাদি

---

শৌচস্থ প্রথমস্বমহাগুরুমরণাশৌচ পূর্ব্বার্দ্ধপাতিত্বেহপি তমগণয়িত্বা পূর্ব্বাশৌচপরার্দ্ধ পাতিত্বং গণয়িত্বা "অঘবৃদ্ধি মদাশৌচমুর্দ্ধঞ্চেত্তেন শুধ্যতি" ইতি বচনাৎ "পরতঃ পরতঃ শুদ্ধি রঘবৃদ্ধৌ বিধীয়তে" ইতি দেবলস্মৃতি বচনাচ্চ দ্বিতীয়মহাগুরুমরণাশৌচেন শুদ্ধিঃ।* কিঞ্চ এতাদৃশবিষয়ে জ্ঞাতীনান্তু তেষামশৌচানাং সমানত্বাৎ "সমানং লঘুচাশৌচং পূর্ব্বেণৈব বিশুধ্যতী"তি বচনাৎ পূর্ব্বেণৈব শুদ্ধিঃ। পরার্দ্ধমরণং যদি রাত্রিশেষে স্যাৎ তদা দিনদ্বয়বৃদ্ধিঃ; প্রভাতে চেৎ দিনত্রয়বৃদ্ধিঃ, কিন্তু মৃতমহাগুরু-কাণাং পুত্রাদীনান্তু মহাগুরুমরণাশৌচস্য গুরুত্বেনাসমানত্বাৎ নতু দিনদ্বয়াদি বৃদ্ধিঃ কিন্তু গুরুণা পূর্ব্বেণৈব শুদ্ধিঃ।

(ক,দি অহানবগীদ: ইন্দুনা শেংগনি। অদুগা অকোনবা তং-খাইদা মহাগুরু শিবা মচানা (খ,না) মহাক্কী মহাগুরু শিবা নুমিংতগী হৌনা নুমিং শুনা মাংখগনি। (৫)

জ্ঞাতিদি "অমা শিবগী মাংলিবৈদা অনি অহুমচিংব শিরকপা" হাইবা হেন্ডি য়েংদুনা ব্যবস্থা তৌগনি। (পৃষ্ঠা ২৩ দা য়েংউ)

## *মহাক্কী মহাগুরু শিরিবৈদা মতু মচা শিরকপা, অমসুং জ্ঞাতি শিরকপা।*

মী অদুগী মহাগুরু শিবগী য়ুমশেংবা ফাওবগী মনুংদা (মাংবদু লোইহ্রিফাওবগী মনুংদা) মতু মচা, অতোপ্পা শাগৈ শিরক্লবদি মহাগুরুগী য়ুমশেংবা নুমিংতা-মতু মচা অতোপ্পা শাগৈ শিবগী মাংবদু অদুমক লেংলগনি। মহাগুরুগী শ্রাদ্ধ অধিকারী অদুনা মতু মচাগী শ্রাদ্ধ অধিকারী ওইরবদি মহা-গুরুগী শ্রাদ্ধ নুমিংতা মতু মচাগী শ্রাদ্ধসু অদুম শেংলগনি। (৬)

---

(৫) প্রথমাশৌচস্য পূর্ব্বার্দ্ধে মৃতহাগুরুকাণাং পুত্রাণাং প্রথমা-শৌচেনৈব শুদ্ধিঃ, পরার্দ্ধেচ মৃতমহাগুরুকাণাং পুত্রাণান্তু স্বমহাগুরুমরণা শৌচেন শুদ্ধি, "পূর্ব্বাশৌচপরার্দ্ধ-পরাশৌচ পূর্ব্বার্দ্ধ মৃতপিতৃকস্য স্বাশৌচনিবৃত্তিকাল এব শুদ্ধিঃ"রিতি স্মার্ত্তাং। অত্র "স্বাশৌচনিবৃত্তিকাল" ইতি তৃতীয়াশৌচ" ইতি কাশিরামঃ।

(৬) স্বমহাগুরুমরণাশৌচাভ্যন্তরে স্বপুত্র ভার্য্যাদিমরণে অন্য সপিণ্ড-মরণে চ মহাগুরুমরণাশৌচস্য গুরুত্বাৎ পুত্রভার্য্যাদিমরণাশৌচস্য লঘুত্বাৎ "অঘানাং যৌগপদ্যে তু জ্ঞেয়া শুদ্ধি র্গরীয়সা" ইতি বচনাৎ গুরুণা মহা-গুরুমরণাশৌচেন শুদ্ধিঃ।

# গর্ভস্রাব ওইবদা মাংগদবা নুমিৎ মশিং।

থা ৬ ফাওবগী মনুংদা গর্ভস্রাব ওইরবদি (গর্ভ কাইরবদি) গর্ভস্রাব ওইরবী নুপীনু লৌকিক কর্ম্মদা গর্ভগী থাশিংগা মান্নবা নুমিৎ লৌদুনা মাংগনি। (১)

*উদাহরণং*—থা ২ নিগী গর্ভ কাইরবদি নুমিৎ নিনি মাংগনি। থা ৩গী গর্ভ কাইরবদি নুমিৎ হুমনি মাংগনি। মতৌ-অম্বুমা থা ৪,৫,৬ তা গর্ভ কাইবগীসু থংনগনি।

পিতৃ কর্ম্ম দৈব কর্ম্মদদি— লৌকিক কর্ম্মদা মাংগনি হাইথিবা নুমিৎ মশিং অদুদগী - ব্রাহ্মণীনা নোংমা, ক্ষেত্রানীনা নুমিৎ ২নি, বৈশ্য নুপীনা নুমিৎ ৩নি, শূদ্রাণীনা নুমিৎ ৬নি চোম্বনা মাংলগা মতুংদা দৈব পৈত্র্য কর্ম্মগী অধিকারিণী ওইগনি। (২)

---

(১) "অর্ব্বাক ষন্মাসতঃ স্ত্রীণাং যদি স্যাদ্ গর্ভসংস্রবং। তদা মাসসমৈ স্তাসাং দিবসৈঃ শুদ্ধিরিষ্যতে" ইতি কুর্ম্ম পুরাণাৎ "ষন্মাসাভ্যন্তরং যাবদ্ গর্ভস্রাবো ভবেদ্ যদি। তদা মাসসমৈস্তাসাং দিবসৈ; শুদ্ধি রিষ্যতে। অত উৰ্দ্ধং স্বজাত্যুক্তমশৌচং তাসু বিষ্যতে" ইতি আদিপুরাণাচ্চ।

(২) "গর্ভস্রুত্যাং যথামাস মচিরে তূত্তমে ত্র্যহঃ। রাজন্যে তু চতুরাত্রং বৈশ্যে পঞ্চাহমেব চ। অষ্টাহেন তু শূদ্রস্য শুদ্ধিরেষা প্রকীর্ত্তিতা" ইতি মরীচিবচনাৎ। "অচিরে দ্বিতীয়মাসীতি স্মার্ত্তঃ "এবঞ্চ তৃতীয় চতুর্থ পঞ্চম ষষ্ঠ মাসেষপি ব্রাহ্মণী ক্ষত্রিয়া বৈশ্যশূদ্রানাঞ্চ যথা ক্রমং মাসসমসংখ্যাদিনাতিরিক্ত মেক রাত্রং, দ্বিরাত্রং ত্রিরাত্রং ষড়-রাত্রঞ্চ দৈবপৈত্র্যকর্ম্মানধিকারো বোধ্য" ইতি স্মার্ত্তঃ।

**মন্তব্যঃ**—গর্ভস্রাবকী মাংবসি রজস্বলা ওইবগী মাংবগা মান্নে। ময়মচুনা রজস্বলা ওইরিবীনা তৌবা য়াদবা কয়ামরুমদু গর্ভস্রাব ওইরিবী মুপীচুম্ব তৌবা য়াদে। (ক)

***থা ৭ । ৮ দা অঙাং পোকপগী মাংগদবা নুমিৎ মশিং।***

থা ৭, ৮ দা অঙাং পোক্লগা পোকপা মুমিৎতুমক্তদা পোকলিবা অঙাংদু শিরবদি, অদুগা শিনা পোক্লবদি—অঙাং পোকলিবী মমাচুদি মাগী ২ জাতিগী মাংবা মশিংচু শুনা মাংলগনি। অদুগা মপানাচিংবা সপিণ্ড জ্ঞাতিদি (শাগৈদি) নোংমা মাংগনি।

তৌইশুম্বসুং থা ৭,৮দা পোকপা অঙাংদু নোংমা (পোকপা মুমিৎতু) হিংলম্লগা মতুংদা শিরবদি অদুগা অদুম হিংলবদি থা ৯।১০দা অঙাং পোক্লগা য়ুমশেংদ্রিবৈদা শিবগী অদুগা হিংনা লৈবগী মাংবা-শেংবা ব্যবস্থা অদু চৎকনি (তৌগনি) (৩)

---

(ক) "রাত্রিভি র্মাসতুল্যাভি গর্ভস্রাবে বিশুধ্যতি। রজস্যুপরতে সাধ্বী স্নানেন স্ত্রী রজস্বলা" ইতি মনুবচনে গর্ভস্রাবাশৌচমধ্যে রজস্বলাশৌচাভিধানং গর্ভস্রাবাশৌচস্য রজস্বলাশৌচ তুল্যার্থ" মিতি স্মার্ত্তাৎ।

(৩) "সপ্তমাষ্টম মাসয়োঃ গর্ভপতনে স্ত্রীণাং সম্পূর্ণাশৌচং। নির্গুণ সপিণ্ডানাং পিত্রাদীনাং অহোরাত্রং, যথেষ্টাচরণসপিণ্ডানাং ত্রিরাত্রং ওচ্চ জাতস্য তদ্দিন এব মরণে জ্ঞেয়ং, দ্বিতীয়দিনাদৌ তু নবমাদিমাসজাত বালক মরণবৎ" ইতি স্মার্ত্তঃ। "ষন্মাসাভ্যন্তরং যাবদ্ গর্ভস্রাবো ভবেদ্ যদি। তদা মাসসমৈস্তাসং দিবসৈঃ শুদ্ধিরিষ্যতে। অত: উর্দ্ধং স্বজাত্যুক্তমশৌচং তাসু বিদ্যতে" ইতি আদিপুরাণাৎ। অতঃ উর্দ্ধং মিত্যভিধায় "গর্ভচ্যুতাব হোরাত্রং সপিণ্ডেহত্যন্তনির্গুণে যথেষ্টাচরণে জ্ঞাতৌ

# থা ৯।১০দা পোকপা অঙাংদু য়ুমশেংদ্রিঙৈদা শিরবদা শেংগদবা।

## *নিপা শিবগী শেংগদবা।*

অঙাং (নিপা) পোক্লগা মহাক্ পোকপগী মাংলিঙৈগী মনুংদুদা অঙাং মহাক অদু শিরক্লবদি-মপা মমা অনি অদুদি মীগা শোক্লবা য়াদনা চাবোকপগী মাংবা মশিংদু শুনা মাংখিগনি। শাগৈদি শিবগী খুদক্তুমক্তদা শেংলগনি। (৪)

## *নুপী শিবগী শেংগদবা।*

নুপী পোকপগী মাংলিঙৈগী মনুংদা পোক্লিবা অঙাংদু (নুপীদু) শিরক্লবদি-মমা মপা শাগৈ অপুম্বা সদ্যঃশৌচ ওইরগনি (অঙাংশিবা খুদক্তুমক্তদা শেংলগনি। (৫)

---

ত্রিরাত্র মিতি নির্ণয়" ইতি কূর্ম্ম পুরাণাচ্চ। "অত উর্দ্ধমিতি ষন্মাসাদূর্দ্ধং সপ্তমে অষ্টমে চ মাসি পতনে গর্ভপতনে মৃতজাতে জাতস্য তস্মিন্দিনে মৃতা বেতি যাবৎ ইতি শুদ্ধিতত্ত্বে গোস্বামী: সপ্তমাষ্টমমাসাভ্যন্তরে সদ্যো জাতমৃতে মৃতজাতে বা পিত্রাদিসপিণ্ডানামেকাহ মশৌচ"মিতি শুদ্ধিতত্ত্বে কাশিরাম:।

(৪) বালত্বয়ন্দশাহে তু প্রেতত্বং যদি গচ্ছতি। সদ্য এব বিশুদ্ধি: স্যান্নাশৌচং নৈব সূতক মিতি শঙ্খস্মৃতিবচনাৎ।

"জাতমাত্রস্য বালস্য যদি স্যান্মরণং পিতু:। মাতুশ্চ সূতকং তৎ স্যাৎ পিতা ত্বস্পৃশ্য এবচ সদ্য:শৌচং সপিণ্ডানাং কর্ত্তব্যং সোদরস্য চ" ইতি কূর্ম্মপুরাণাচ্চ॥ অত্র"সদ্যঃ" পদং তৎক্ষণ বাচি, "যত্র পিণ্ডদানাদিকং নাস্তি তত্র সদ্য: পদং তৎক্ষণ মাত্র বাচী"তি স্মার্ত্তাৎ।

### গর্ভদগী শিনা পোকপগী মাংগদবা নুমিৎ মশিং।

থা ৯,১০দা নুপী ওইরবসু নিপা ওইরবসু গর্ভদগী শিহুনা পোক্লবদি সপিণ্ড শাগৈনা মাগী মাগী জাতিগী মাংবা মশিংদু শুনা মাংগনি। সকুল্য শাগৈনা নুমিং ৩নি, সমানোদক শাগৈনা পক্ষিণী (অহিং ১ নুংথিল ২) মাংগনি। পোক্লিবা অঙাং অদু কপ্লমলগা শিরবদি শাগ অপুম্বদি থুদক্কুমক্কুবা শেংগনি। মপা মমাদদি, নুপী নিপা য়েংহুনা য়ুমশেংত্রিবৈগী মনুংদা শিবগী পৃষ্ঠা ৬৭গী ব্যবস্থাদু তৌগনি। (৬)

### চাবোক্লিবীনা শোক্লবা য়াদনা মাংগদবা মতম।

চাবোক্লিবী—ব্রাহ্মণী, ক্ষত্রিয়া, বৈশ্যা, জাতি অহুমসিগী নুপীদি মচাপোকপা নুমিত্তগী তরানি শুবা ফাওবদু শোক্লবা য়াদনা মাংগনি। শূদ্রগীদি নুমিৎ ১৩নি ফাওবদু শোক্লবা য়াদে। (৭)

***মন্তব্যঃ***—অঙাং অদুগী মপা অমসুং বিমাতাদু (লোম্নবী মমাদু) চাবোকলিবী শোক্লুরবদি চাবোকলিবীনা শোক্লবা য়াদবা মতম অদু

---

(৫) "আজন্মনস্ত চূড়ান্তং যত্র কন্যা বিপদ্যতে। সদ্যঃশৌচং ভবেৎ তত্র সর্ব্ববর্ণেষু নিত্যশ" ইতি আদি পুরাণাৎ।

(৬) "নবমাদিমাসয়ুতজাতয়োঃ কন্যাপুত্রয়োঃ পিতৃসপিণ্ডানাং মাত্র জননাশৌচ"মিতি স্মার্ত্তঃ, "গর্ভে যদি বিপত্তিঃ স্যাদ্দশাহং সূতকংভবে" দিতি পারস্করাৎ।

(৭) "ব্রাহ্মণী ক্ষত্রিয়া বৈশ্যা প্রসূতা দশভি দিনৈঃ। গতৈঃ শুদ্রা তু সংস্পৃশ্যা ত্রয়োদশভিরেবচ" ইত্যাদিপুরাণাৎ।

ফাওবা শোক্লবা য়াদে। মপা বিমাতা অনি অসিদগী অত্তোপ্পদি চাবোকলিবী শোকউরবস্থু ইরুজরগা শোক্লবা হেমক য়াই। পোক্লিবা অঙাং অদুদি মতম পুম্বদা শোকউবস্থু মাংদে। (ক)

***চাবোক্লিবীনা মাংগদবা নুমিৎ মশিং।***

নিপা পোকপী চাবোকপীনা অঙাংছু লৈরবদি নুমিৎ ২০নি মাংগনি। নুপী পোকপী চাবো অপীনা অঙাংছু লৈরবদি নুমিৎ ৩০ নি মাংগনি। নুমিৎ ২০নি নুমিৎ ৩০নি মাংবসি ব্রাহ্মণ, ক্ষেত্রিয়, বৈশ্য জাতি অদুম অসিগীনি। শূদ্রগীদি নুপী, নিপা পোকপগীদা নুপী নিপা থাইদনা অদুম নুমিৎ ৩০নি মাংগনি। (৮)

***অঙাং ফাইবোক পোকপগী য়ুমশেংদ্রিতৈগী<br>অঙাংদু শিরকপগী মাংগদবা॥***

ফাইবোক পোকপদা জ্ঞাতিপুম্বা অহানবা অঙাংগী মতুংইন্না অশেং অমাং চৎকনি। মরমদুনা অহানবদা পোকপা অঙাংছু য়ুমশেং-দ্রিতৈগী মতুংদা শিরবদি জ্ঞাতি অপুম্বা সদ্যঃশৌচ ওইরগনি

(ক) সূতিকাং স্পৃশতঃ পিতু বিমাতুশ্চ তাদৃশমস্পৃশ্যত্বং, "মাতুরেব সূতকং তাং স্পৃশতশ্চ পিতু নেতরেষাং" ইতি সুমন্তবচনাৎ। "অন্যাশ্চ মাতরস্তদ্বত্তদ্‌গেহং ন ব্রজন্তি চে" দিতি আদিপুরাণাৎ। "শিশোস্তু সদা স্পৃশ্যত্বং "মাতুরেব" ইতি সুমন্ত বচনে এবকারদর্শনাৎ" ইতি স্মৃতি চিন্তামণিগ্রন্থে।

(৮) "সূতিকাং পুত্রবতীং বিংশতি রাত্রেণ স্নাতাং সর্ব্বকর্ম্মাণি কারয়েৎ মাসেন স্ত্রীজননী"মিতি পৈঠিনসিবচনাৎ "অত্র পুত্রবতীমিতি মতুপা নির্দ্দেশো বিত্তগান পুত্রার্থঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

(অঙাংশিবা খুদক্কু মক্কদা শেংলগনি) অতুগা অকোনবা পোকপা অঙাংদু শিবদি সদ্যঃশৌচ ওইরোই, অদুম মাংখিগনি। মমাদি ফাইবোক্কুনা নিপাগা নুপীগা ওইরবদি নুপীগীদা ইন্দুনা (লোদুনা) থা ১ মাংগনি অদুগা নুপীদু অশৌচ মনুংদা শিরবদি সদ্যঃ শুদ্ধি ওইগনি। মমাগী উক্ত অশেং অমাং অসি শূদ্রগীদি য়াওদে, শূদ্র-গীদি নিপা শিরবসু নুপী শিরবসু থা অমা মাংবদু অদুম লৈগনি। (৯)

## য়ুমশেংখ্রবা মতুংদা অঙাং অদু শিবগী মাংগদবা ॥

### (*ব্রাহ্মণ বালক শিবগী মাংগদবা*)

য়ুমশেংবা মতুংদা পোক্লিবা অঙাং অদু (নিপা) থা ৬ মপুং-ফাবা ফাওবগী মনুংদা য়াহৌরম্বা লৈতনা শিরবদি মপা মমানা নোংমা মাংগনি। শাগৈনা সদ্যঃ শৌচ ওইগনি ( অঙাং শিবগী খুদক্কু মক্কদা শেংগনি। (ক)

থা ৬ শুবা ফাওবগী মনুংদা য়াহৌখ্রগা শিরবদি মপা মমানা মুমিৎ ওনি মাংলগনি। শাগৈনা নোংমা মাংলগনি। (খ)

---

(৯) "কন্যাপুত্রযমজোৎপত্তৌ মাতু র্মাসেন শুদ্ধিঃ, তয়োরশৌচয়ো র্মধ্যে তু একতরমরণে শূদ্রাভিন্নমাতুঃ কন্যামরণাৎ শুদ্ধিঃ নতু পুত্রমরণাৎ অন্যেষান্তু প্রথমজাতমরণাচ্ছুদ্ধি র্ন পরজাত মরণা"দিতি স্মার্ত্তপংক্তেঃ।

(ক) (খ) ষণ্মসাভ্যন্তর মজাতদন্তমরণে পিত্রোরেকাহঃ, সপিণ্ডানান্তু সদ্যঃ, ষণ্মাসাভ্যন্তরেহপি জাতদন্তস্য মরণে পিত্রোস্ত্র্যহঃ সপিণ্ডানামেকাহ" ইতি স্মার্ত্তাৎ।

থা ৬ হেনবদগী চহি অনি মপুং ফাবা ফাওবগী মনুংদা অঙাং অতু শিবদা মপা, মমানা নুমিৎ হুমনি মাংগনি। শাগৈনা শিখ্রিবা অঙাংতু চূড়াকরণ তৌখিদ্রবদি নোংমা মাংগনি, চূড়াকরণ তৌ-খ্রগা নুমিৎ হুমনি মাংগনি। (গ)

চহি অহুম চংবদগী চহি ৬ থা ৩ শুবা ফাওবগী মনুংদা লুগন থাংখিদনা (লুগন্ থাংখিবা নৈতনা) শিবদা মপানচিংবা শাগৈ অপুম্বা নুমিৎ হুমনি মাংগনি। তৌইগুম্বসুং লুগন্ থাংখ্রগা শিরবদি নুমিৎ ১০নি মাংগনি। (ঘ)

অতুগা চহি ৬ থা ৩ হেল্লবা অঙাংতু লুগন্ থাংখিবা নৈতনা শিরবস্থ নুমিৎ শুনা মাংলগনি (নুমিৎ ১০নি মাংলগনি) (ঙ)

---

(গ) "ষন্মাসোপরি দ্বিবর্ষপর্য্যন্তং পিত্রোস্ত্র্যহঃ সপিণ্ডানাং অকৃত-চূড়ে একাহঃ কৃতচূড়ে ত্র্যহঃ" ইতি স্মার্ত্তাঃ।

(ঘ) "দ্বিবর্ষোপরি সর্ব্বেষামনুপনীতস্য মরণে মাসত্রয়াধিক ষড়বর্ষং যাবৎ ত্র্যহঃ, পঞ্চবর্ষোপনীতস্য তদানীমপি দশাহঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ "আদন্ত-জননাৎ সদ্য আচূড়াদেকরাত্রং ত্রিরাত্রমোনয়নাৎ সপিণ্ডানা মুদাহৃত" মিতি কুর্ম্মপুরাণাৎ "দন্তজননাদিকঞ্চ দন্তজন্ম চূড়োপনয়নকালোপলক্ষণ" মিতি স্মার্ত্তঃ, দন্তজনকালস্তু—"দন্তজননং সপ্তমে মাসী"তি গর্ভোপনিষৎ; চূড়াকরণকালস্তু দ্বিবর্ষোর্দ্ধকাল, উপনয়নকালস্তু মাসত্রয়াধিক ষড় বর্ষো-র্দ্ধকালশ্চ জ্ঞেয়ঃ।

(ঙ) "সর্ব্বেষাং মাসত্রয়াধিক ষড়্‌বর্ষোপরি দশাহ" ইতি স্মার্ত্তঃ' "অনুপনীতো বিপ্রস্থিত্যভিধায়-ম্রিয়তে যত্র তত্র স্যাদশৌচং ত্র্যহ মেবহি। দ্বিজন্মনাময়ং কালস্ত্রয়াণান্তু ষড়াব্দিক"মিতি আদিপুরাণবচনাৎ, অত্র ষড়ব্দপদং মাসত্রয়াধিক ষড়ব্দপর মিতি স্মার্ত্তঃ।

## ( ক্ষত্রিয়গী অঙাং শিবদা মাংগদবা) (চ )

য়ুমশেংখ্রগা থা ৬ ফাওবগী মনুংদা য়াহৌরম্বা লৈতনা ক্ষত্রিয় অঙাং ( নিপা ) শিবদা মপা মমা পোকমিন্নবা ময়াম্বদি সুমিৎ নিনি মাংগনি, শাগৈদি সদ্যঃশৌচ ওইগনি ( অঙাংশিবা খুদক্কু-মক্কদা শেংগনি)

উক্ত থা ৬কী মনুংদা য়াহৌখ্রগা শিরবদি মপা মমানা সুমিৎ ৬নি মাংগনি, শাগৈনা সুমিৎ ২নি মা গনি।

থা ৬ হেনবদগী চহি ২নি মপুংফাবা ফাওবগী মনুংদা ক্ষত্রিয় অঙাং শিবদা মমা মপানা সুমিৎ ৬নি মাংগনি, শাগৈনা শিথিবা অঙাংদু চূড়াকরণ তৌখিদ্রবদি সুমিৎ ২ নি মাংগনি, চূড়াকরণ তৌগ্রবদি সুমিৎ ৬নি মাংলগনি।

চহি অহুম চংবদগী চহি ৬ থা ৩ শুবা ফাওবগী মনুংদা লৈ-ম্নিবা ক্ষত্রিয় অঙাংদু লুগন্ থাংখিবা লৈতনা শিরবদি মপানাচিংবা শাগৈ অপুম্বা সুমিৎ ৬নি মাংগনি, তৌইগুম্বসুং লুগন্ থাংখ্রগা শিরবদি সুমিৎ ১২নি শুনা মাংলগনি।

অদুগা চহি ৬ থা ৩ হেল্লবা ক্ষত্রিয় অঙাং অদু লুগন্ থাংথিবা লৈতনা শিরবসু সুমিৎ ১২নি মাংলগনি।

---

(চ) যত্র ব্রাহ্মণস্য বালকমরণে একরাত্রং তত্র ক্ষত্রিয়াণাং দ্বিরাত্রং বৈশ্যস্য ত্রিরাত্রং, যত্র ব্রাহ্মণস্য ত্রিরাত্রং তত্র ক্ষত্রিযস্য ষড্রাত্রং বৈশ্যস্য নবরাত্র মিতি স্মার্ত্তঃ, “বিপ্রে ন্যূন্যে ত্রিভির্বর্ষৈ র্মৃতে শুদ্ধিস্তু নৈশিকী। দ্ব্যহেন ক্ষত্রিয়ে শুদ্ধি স্ত্রিভি র্বৈশ্যে মৃতে তথা। নিবৃত্ত চূড়কে বিপ্রে

## *বৈশ্যগী অশৌচ শিবদা মাংগদবা।* (ছ)

য়ুমশেংখ্রগা থা ৬কী মমুংদা য়া-হৌরমদনা বৈশ্য অশৌচ শিবদ। মপা মমানা মুমিং ৩নি মাংগনি শাগৈনা সত্যঃশৌচ ওইগনি, তৌইগুম্বসুং য়া হৌখ্রগা শিরবদি মপা মমানা মুমিং ৯নি শাগৈনা মুমিং ৩নি মাংগনি।

থা ৬ হেনবদগী চহি ২ শুবা ফাওবগী মমুংদা শিরবদি মপা মমানা মুমিং ৯নি মাংগনি, শাগৈনা চূড়াকরণ তৌখিদ্রগা মুমিং ৩নি, চূড়াকরণ তৌখ্রগা মুমিং ৯নি মাংগনি।

চহি ৩ চ'বদগী চহি ৬ থা ৩ শুবা ফাওবগী মমুংদা লুগন্ থাংখিদনা শিরবদি মপানাচিংবা শাগৈ অপুম্বা মুমিং ৯নি মাং-গনি, তৌইগুম্বসুং লুগন্ থাংগ্রবদি মুমিং ১৫নি মাংলগনি।

চহি ৬ থা ৩ হেল্লগা লুগন্ থাংখিবা লৈতনা শিরবসু মুমিং ১৫নি মাংলগনি।

*মন্তব্যঃ*—ক্ষত্রিয় বৈশ্য, ২ অসিগী লুগন্ থাংখিদনা শিবদা খণ্ডাশৌচ ওইগদবসি চহি ৬ থা ৩ শুবা ফাওবগী মমুংদা শিবগীদা ওইগনি, চহি ৬ থা ৩ হেল্লবদি লুগন্ থাংখিদ্রবসু মাগী মাগী জাতিগী পূর্ণ শৌচতু চৎকনি হাইবসি উক্ত আদি পুরাণগী বচননা প্রমাণ তৌবনি, বিশেষ বিবরণদি "শিবদা মুমিং শুনা মাংগদবা মীশক" হাইবা পৃঃ৭কী হেডিংদা পাঠকশিংনা য়েংবিগনি।

---

ত্রিরাত্রাৎ শুদ্ধিরিষ্যতে। নিবৃত্তে ক্ষত্রিয়ে ষড়ভি বৈশ্যে নব.ভিরেবচ" ইতি আঙ্গিরবচনাৎ।

(ছ) প্রমাণন্তু ৭৪ পৃষ্ঠায়া "চ" চিহ্নিতে দৃশ্যং:

**( শূদ্রগী অশৌচ শিবদা মাংগদবা ) (জ)**

থা তরুক্কী মনুংদা য়া হৌদনা শিরগা মুমিৎ ৩নি, য়া হৌখ্রগা মুমিৎ ৫নি মাংগনি। থা ৭তগী চহি ২ মপুং ফাবা ফাওবগী মনু দা শিবনা মুমিং ৫নি মাংগনি, উক্ত কালসিদা চূড়াকরণ তৌখ্রবদি মুমিৎ ১২নি মাংগনি। চহি ৩ চংবদগী চহি ৬ মপুংফাবা ফাওবগী মনুংদা শিবনা মুমিৎ ১২মি মাংগনি, উক্ত কাল অসিদা দৈবযোগ-তগী বিবাহ তৌরবদি অদুগা চহি ৭ চংলবদি থা অমা মাংগনি।

**( জাতি ৪গী নুপীমচা শিবদা মাংগদবা ) (ঝ)**

হেক পোকপদগী চহি ২ হেন্দ্রিফাওবগী মনুংদ লৈরিবী নুপী-মচাদু শিবদা মপানাচিংবা শাগৈ অপুম্বা সদ্যঃশৌচ ওইগনি (শিবা খূদক্তুমক্তদা শেংগনি)।

চহি ২ হেন্বদগী বাগদান্ তৌদ্রিবৈ ফাওবগী মনুংদা শিরগা নোংমা মাংগনি।

বাগদান্ তৌখ্রগা লুহোংদ্রিবৈগী মনুংদা শিরবদি অদুগা বাগদানগী মতমদি য়ৌরগা বাগদান্ তৌখিবা লৈতনা শিরবদি

(জ) "শূদ্রস্য ষন্মাসাভ্যন্তবে অজাতদন্তস্য মরণে ত্র্যহঃ জাতদন্তস্য পঞ্চাহঃ। ষন্মাসোপবি দ্বিবর্ষপর্য্যন্তং পঞ্চাহঃ, অত্রাপি কৃতচূড়স্য দ্বাদশাহঃ, দ্বিবর্ষোপরি ষড়বর্ষাভ্যন্তরে দ্বাদশাহঃ ষড়বর্ষোপরি মাসঃ, ইতি স্মার্ত্তাৎ।

(ঝ) "আজন্মনস্ত চূড়ান্তং যত্র কন্যা বিপদ্যতে। সদ্যঃ শৌচ ভবেত্তত্র সর্ব্ববর্ণেষু নিত্যশ; ॥ ততো বাগ্‌দান পর্য্যন্তং যাবদেকাহমেবহি। অতঃ পরং প্রবৃদ্ধানাং ত্রিরাত্র মিতি নিশ্চয়ঃ। বাক্‌প্রদানে কৃতে তত্র জ্ঞেয়ঞ্চোভয়তস্ত্র্যহং"। ইত্যাদি পুরাণাৎ, কন্যামরণে সোদরস্য বিশেষং

জ্ঞাতিপুম্বা নুমিৎ হুমনি মাংগনি। বাগদানগী সম্বন্ধ লৈবগী নিপা ময়ুমস্থ নুমিৎ ৩নি মাংলগনি।

পোকমিন্নবা মবুং মোপাদি—থা ৬ ফাওবগী মনুংদা য়া-হৌরগদনা শিরগা সংশৌচ, য়া-হৌখ্রগা শিরগা নোমা মাংগনি। থা ৬ হেনবদগী চহি ২ হেন্দ্রি ফাওবগী মনুংদা শিরগা নোংমা মাংগনি, ভৌইগুম্বস্নং চূড়াকরণ ভৌখ্রবদি নুমিৎ ৩নি মাংগনি। চহি ২ হেনবদগী লুহোংদ্রিবৈগী মনুংদা শিরবদি নুমিৎ ৩নি মাংগনি।

লুহোংদ্রিবী নুপী শিবগী মাংবসি জাতি মরিমক্কী চপমান্নে।

## *অঙাং শিবদা মৈ চংঙোইদবা মতম।*

সাবনদিন্দা মশিং থিত্নুনা য়েংবদা চহি অনি লাংহৌক্রিবা (নুমিৎ ৩০ নিনা থা লৌদুনা শাবা থা ২৪দুগী মনুংদা লৈরিবা) নিপামচা, নুপীমচাদু শিবদি মৈ থারোই, ভৌইগুম্বস্নং লৈপাক্তা ফুমগনি, পূরকপিণ্ডদান শ্রাদ্ধক্রিয়ানাচিংবা করি অমতা তৌরোই। (এও) চহি লৌবগী মরম পৃঃ ১২দা য়েংবিয়ু।

---

যথা—"আদন্তাৎ সোদরে সদ্যঃ আচূড়াদেকরাত্রকং। আপ্রদানাৎ ত্রিরাত্রং স্যাদ্দশরাত্র মতঃপর" মিতি কূর্ম্মপুরাণাৎ। "অত্র "দশরাত্র"মিতি ভর্ত্ত্রাদিসপিণ্ডপরং "দত্তানাং ভর্ত্তুরেবহীতি স্মৃতে" রিতি স্মার্ত্তেন ব্যাখ্যাতং।

(এও) "ঊনদ্বিবার্ষিকং প্রেতং নিদধ্যু র্বান্ধবা বহিঃ। অলঙ্কৃত্য শুচৌ ভূম্যাবস্থিসঞ্চয়না দৃতে। নাস্য কার্য্যোহ গ্নিসংস্কারো নাপি কার্য্যোদক ক্রিয়া "ইতি মনুস্মৃতেঃ ঊনদ্বিবর্ষং নিখনেন্ন কুর্য্যাদুদকং তত" ইতি

**মন্তব্যঃ**—উক্ত থা ২৪গী মনুংদা লৈরিবা অভাংদু শিবদা কৱিগুম্বা কারণ অমদগী দাহ তৌরুরবদি মপানাচিংবা জ্ঞাতি পুম্বদু—ব্রাহ্মণ ওইরগা সুমিৎ ৩নি, ক্ষত্রিয়না সুমিৎ ৬নি, বৈশ্যনা সুমিৎ ৯নি, শূদ্রনা সুমিৎ ১২নি মাংগনি। (ট)

## *পুখ্রিদু মী শা ষণ শিরবদা শেংগদবা।*

পুখ্রিদু—মী, ষণ, তৌদোং, হুই অ'সনাচিংবা তাদুনা শিরবদি শেংদোক্তিমখৈ মাংগনি। (ক)

শেংদোকপা মওংদি পুখ্রিদু ইশিং পিল্লবদি চফু ১০০ ইশিংদু অদুক হাক্লা চাওব্রগা চফু ৬০, ইশিং য়াম্লা চাওরগা চফু ৩০ শোক্তোক্লগা পঞ্চগব্য শোধন মন্ত্র থিদুনা পঞ্চগব্য থাদরগা ইশিংদু শেংগনি। (খ)

বৃহস্পতিস্মৃতেশ্চ, ঊনদ্বিবার্ষিক ইত্যস্য সমাপ্তদ্বিতীয়বর্ষ" ইতি গোস্বামী, অদ্বিবর্ষে প্রেতে মাতাপিত্রোরশৌচ মেকরাত্রং ত্রিরাত্রং বেতি, শরীর মিদগ্ধা ভূমৌ নিখনন্তি" ইতি পারস্করসূত্রাচ্চ, "অদ্বিবর্ষ' ইত্যস্য দ্বিবর্ষ পর্যন্তমর্থ ইতি গোস্বামীব্যাখ্যাযাশ্চ।

(ট) "অনতীত দ্বিবর্ষস্তু মৃতৌ যত্রাপি দহ্যতে। অশৌচং ব্রাহ্মণানান্তু ত্রিরাত্রং তত্র বিদ্যতে, যত্রঃ বিপ্র ত্রিরাত্রং স্যাৎ ষড়ব ক্ষত্রবৈশ্যয়োরিতি আদিপুরাণাৎ।

(ক) "যেষামভক্ষ্যং মাংসঞ্চ তচ্ছরীরৈ র্যুতঞ্চ যৎ। বাপী কূপ তরাগেষু জলং সর্ব্বঞ্চ ত্যজতি" ইতি ব্রহ্মপুরাণাৎ।

(খ) "অপাস্য কুনপং তেভ্যো বহুতোয়েভ্য এব বা। শতং ষষ্ট্যথবা ত্রিংশত্তোয় কুম্ভান্ সমুদ্ধরেৎ। পঞ্চগব্যং ততস্তেষু প্রক্ষিপেন্মন্ত্র পূর্ব্বকং" ইতি উক্তপুরাণাচ্চ।

**মন্তব্যঃ**—কনাগুম্বা পণ্ডিতনদি পুখ্রিদা মী শিরবদি থা ৬, ষণ শিরগা থা ৩, হুই শিরগা মুমিৎ ১৫নি হৌদোং শিরগা মুমিৎ ৫নি ফাওবা ইশিংদু মাংখিগনি হাইরি।

### *পোকপা, শিবনা চিংবগী মাংলিভৈদা তৌবা য়াদবা।*

পোকপা শিবনা চিংবগী মাংলিভৈদা—দান তৌবা, দান লৌবা, হোম তৌবা, শোরাৎ শোনবা, কীরোই শোনবা, সন্ধ্যা তর্পণ তৌবা পূজা তৌবা অসিনাচিংবা বৈধ কর্ম্ম অপুম্বা তৌবা য়াদে, তৌই গুম্বসুং পূরক পিণ্ড, প্রেত তর্পণদি তৌবা য়াই। (ক)

### *কর্ম্ম হৌগৎখ্রগা শাগ শিরকপা অমসুং পোক্লকপা।*

কর্ম্মদু হৌগংখ্রগা শিবা পোকপনা চিংবা মথক্তা হাইরিবা অমাংবগী মরম অমা লাক্লবসু (শিবা, পোকপা, গর্ভস্রাব ওইবা, থোক্লক্লবসু) কর্ম্মাধিকারী অদু দি (কর্ম্ম তৌরিবা মীদুদি) কর্ম্মদু লোইদ্রিমখৈ মাংলোই। (খ)

**মন্তব্যঃ**—কর্ম্ম হৌদ্রিভৈদা শিবা, পোকপনাচিংবগী পাও তারবদি কর্ম্মদু তৌবা য়াদে। মরমদুনা মাংবদু শেংলগা নোং-ঙানবদা কর্ম্মদু তৌগনি। (গ)

---

(ক) "দানং প্রতিগ্রহো হোমঃ স্বাধ্যায়ঃ পিতৃকর্ম্ম চ। প্রেতপিণ্ড-ক্রিয়া বর্জ্জমাশৌচে বিনিবর্ত্ততে" ইতি শঙ্খস্মৃতিবচনাৎ।

(খ) ব্রতযজ্ঞবিবাহেষু শ্রাদ্ধে হোমেহর্চ্চনে জপে। আরব্ধে সূতকং ন স্যাদনারব্ধে তু সূতক" মিতি বিষ্ণুস্মৃতি বচনাৎ।

### কর্ম্মদু হৌগৎলে হাইনা লোৌগদবা।

যজ্ঞ যাগদা বরিরবদি, ব্রতদা জপ তৌবদা সংকল্প তৌরবদি, লুহোংবনাচিংবদা নান্দীমুখ শ্রাদ্ধ শোল্লবদি, শোরাংতা অনুজ্ঞা সঙ্কল্প তৌরবদি ( সাগ্নিনা চারু থোংলবদি ) কর্ম্মদু হৌগৎলে হাইনা লৌরগনি। (ঘ)

### লম্বোইদুনা শিরিবৈদা পোকপা শিবনচিংবগী মাংলকপা।

লম্বোইদুনা শিরিবৈদা পোকপা, শিবনা চিংবগী মাংবা লাক্লবদি লম্বোইবগী বুক্কদা থরদং কৎকদবদু (কর্ম্মদু) তৌবা য়াদে। মরমদুনা শেংলগ তৌগনি।

### শাগৈ শিরিবৈদা পোকলিবৈদা লম্বোইবা।

শাগৈ শিবগী অগম্বুং পোকপগী মাংলিবৈদা লম্বোইদুনা শিবা য়াওরবদি—লম্বোইদুনা শিবগীদি মাংদ্রবনিনা লম্বোইবদুগীদা ইন্দুনা শেংবগী শাস্ত্র পথাপ লৈতবদগী মাংবদু অতাবী মুমিত্তা

(গ) "দেয়ে পিতৃণাং শ্রাদ্ধে তু অশৌচং জায়তে যদি। তদশৌচ ব্যতীতে তু তেষাং শ্রাদ্ধং বিধীয়তে" ইতি শ্রাদ্ধতত্ত্বে ঋষ্যশৃঙ্গবচনাৎ। "মাসিকে চাব্দিকে স্বহ্নি সংপ্রাপ্তে মৃত সূতকে বদন্তি শুদ্ধৌ তৎ কার্য্যং দর্শেচাপি বিক্ষণৈ" ষট ত্রিংশদ্‌বচনাচ্চ।

(ঘ) "আরম্ভো বরণং যজ্ঞে সংকল্পো ব্রতজাপয়োঃ। নান্দীশ্রাদ্ধং বিবাহাদৌ শ্রাদ্ধে পাকপরিক্রিয়া" ইতি বচনাৎ। পাকপরিক্রিয়েতি সাগ্নের্দর্শশ্রাদ্ধপরং, নিরগ্নেঃ শ্রাদ্ধস্য তু সঙ্কল্পকার্য্যকারিত্বাৎ অনুজ্ঞা বাক্যমেবারম্ভো বোধ্য" ইতি শুদ্ধিতত্ত্বে কাশিরামঃ।

অহুম শেংলগা শোয়াং শোনগনি। লম্বোইহুনা শিবহুগী কর্ম্মসু অতাবী মুমিংতুদা অহুম তৌগনি। লম্বোইদবগী কর্ম্মদু লম্বোই-বগীদা ইন্দুনা তৌবা য়াদে।

**মন্তব্যঃ**—লম্বোইবগী কর্ম্মগা লম্বোইদবগী কর্ম্মগা মী অমত্তনা তোঙতান ২ তৌবা তারবদা করিগুম্বা গুম্মোইদৌবা লৈরবদি আগ্ব শ্রাদ্ধতু অশৌচান্তদ্বিতীয়দিনদা (য়ুমশেংবা মতুং নোংতান-বদা) শোলহৌরবদি পতিত ভাবা তাবদগী আগ্ব শ্রাদ্ধদং মুমিং কাইদনা শোনদোকহৌরগা অতৈ শ্রাদ্ধদি লম্বোইতুনা শিবগী কর্ম্ম মুমিত্তু ঙাইরগা পুম্না তৌবসু য়াগনি। মসিগী প্রমাণ পৃঃ ৫৩দা য়েংবিয়ু।

## মুমিং মশিং য়াংনা মাংবদা পূরককী পিণ্ড পিগদবা পথাপ॥

১। নোংমত্ত মাংলগা শেংগদবা অতুদা—অমসুং সত্তঃশৌচ ওইতুনা শেংগদবা অতুদা—নোংমতুদা পিণ্ড ১০তু শুনা পিগনি।[১]

২। মুমিং নিনি মাংলগা শেংগদবা অতুদা—অহানবা মুমিংতা পিণ্ড ৫, য়ুমশেংবা মুমিংতা পিণ্ড ৫ পিগনি।[২]

৩। মুমিং হুমনি মাংবদা—অহানবা মুমিংতা পিণ্ড ৩ পি-গনি, মুমিং নিনি শুবদা পিণ্ড ৪ পিগনি। মুমিং হুমনি শুবদা

---

১। "সত্তঃশৌচে একাহে এব দশপিণ্ডা দেয়াঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

২। "পক্ষিণীত্র্যহাশৌচয়োস্তু আত্তদ্বিতীয়দিনয়োঃ পঞ্চ পঞ্চ পিণ্ডাঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

( য়ুমশেংবা সুমিত্তা ) পিণ্ড ৩ পিগনি।

৪। সুমিৎ মরিনি মাংবদা—অহানবা সুমিত্তা পিণ্ড ২, সুমিৎ নিনি শুবদা পিণ্ড ৩, সুমিৎ হুম্নি শুবদা পিণ্ড ৩, মরিনি শুবদা পিণ্ড ২ পিগনি।

৫। সুমিৎ মঙানি মাংবদা—অহানবা সুমিৎকা য়ুমশেংবা সুমিৎকদি পিণ্ড অমমম্ পিগনি, সুমিৎ নিনি শুবগা সুমিৎ ৪'ন শুবগনা পিণ্ড ২।২ পিগনি, সুমিৎ হুমনি শুবদনা পিণ্ড ৪ পিগনি।

৬। সুমিৎ তরুক্নি মাংবদা—অহানবা সুমিৎকা মঙানি শুবা সুমিৎকদি পিণ্ড ২।২ পিগনি। সুমিৎ হুম্নি শুবগা সুমিৎ মরিনি শুবগা পিণ্ড ৩।৩ পিগনি, সুমিৎ নিনি শুবগ য়ুমশেংবা সুমিৎকনা পিণ্ড ১ ১ পিগনি।

৭। সুমিৎ তরেৎনি মাংবদা—সুমিৎ ৩নি, ৪নি, ৫নি, শুবদা পিণ্ড ২।২নি পিগনি, অহানবা সুমিৎ, নিনি শুবা সুমিৎ, ৬'ন শুবা সুমিৎ, ৭নি শুবা সুমিৎতা পিণ্ড ১।১ পিগনি।

---

৩। "ত্র্যহাশৌচে প্রথমদিনে পিণ্ডানাং ত্রয়ং দ্বিতীয়দিনে চতুষ্টয়ং তৃতীয়ে ত্রয়ং" ইতি স্মার্ত্তঃ।

৪। "চতুরহাশৌচে তু প্রথম চতুর্থযো দ্বৌ দ্বৌ দ্বিতীয় তৃতীয়যো স্ত্রয়স্ত্রয়ঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

(৫) পঞ্চাহাশৌচে তু পঞ্চমপ্রথমদিনযো নৈকৈক. পিণ্ডঃ দ্বিতীয় চতুর্থযো দ্বৌদ্বৌ তৃতীয়ে চত্বারঃ ইতি স্মার্ত্তঃ।

৬। "ষডহাশৌচে তু প্রথম পঞ্চমদিনযো' দ্বৌ তৃতীয় চতুর্থ দিনযোস্ত্রয় স্ত্রয় পিণ্ডা. শেষেষ্বেকৈক" ইতি স্মার্ত্ত।

৮। মুমিৎ নিপান্নি মাংবদা-অহানবা, ২নিশুবা, ৩নি শুবা, ৬নিশুবা, ৭নিশুবা, ৮নিশুবা মুমিৎ মুমিংতা পিণ্ড ১১ পিগনি, ৪নিশুবা ৫নিশুবা মুমিংতা পিণ্ড ২২ পিগনি॥

৯। মুমিৎ মাপন্নি মাংবদা—অহানবা ২নিশুবা ৩নি শুবা ৪নি শুবা ৬নিশুবা ৮নিশুবা ৯নিশুবা মুমিংতা পিণ্ড ১১ পিগনি, মুমিং ৫নিশুবদা পিণ্ড ২ পিগনি।

১০। **মন্তব্যঃ**—মুমিৎ তরানিদগী হেন্না মাংবগীদি মুমিং ৯নি শুবা ফাওবা পিণ্ড অমমম্ পিরগা য়ুমশেংবা মুমিংতা ১০শুবা পিণ্ড পিগনি।

৭। "সপ্তাহাশৌচে তু তৃতীয় চতুর্থ পঞ্চমদিনেষু দ্বৌ দ্বৌ শেষেষ্বেকৈকঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

৮। ষষ্ঠাহাশৌচে তু চতুর্থ পঞ্চমদিনয়ো দ্বৌ দ্বৌ শেষেষ্বেকৈকঃ ইতি স্মার্ত্তঃ।

৯। ১০ নবাহাশৌচে পঞ্চমদিনে দ্বৌ শেষেষ্বেকৈকঃ দশাহাশৌচে নবসু দিনেষু নব পিণ্ডা: শেষদিনে দশমঃ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

লোইরবা।

ওঁ তৎ সৎ

# পরিশিষ্ট

## *সংস্কারদা অশিবগী কোক ওনগদবা মাইক।*

শিন্নিবা মী অদু সামবেদ চংলবদি সংস্কারগী শিং মথক্তা মখা ওন্না থমগনি, সামবেদ চংডবদি অন্নাং ওন্না থমগনি। অদুগা নিপাবু উপথনা মুপীবু লোংনা থমগনি। (১)

## *শিন্নিবদু নিপা ওইরগা মাগী মথৌ তৌগদবা মীশক*
## *(ক্রিয়া থাংগদবা মী)*

১। মচানিপা ২। মচানিপানা পোকপা মশুনিপা, ৩। শুথাং (নিপা) (মশুনিপাদুনা পোকপা মচানিপা) ৪। মাগীমুপী, ৫। লুহোংত্রিবী মচামুপী, ৬। লুহোংলবী মচামুপী, ৭। মচামুপীনা পোকপা মশুনিপা, ৮। পোকমিন্নবা মচিন-মনাও; ৯। পোকমিন্নবা মচিন-মনাওগী মচানিপা, ১০। মমা লোন্নবীনা পোকপা মচিন-মনাওগী মচানিপা, ১১। মপা, ১২। মমা, ১৩। মচানিপানা লোবী মমৌ, ১৪। মশুনা লোবী মুপী, ১৫। মচানিপানা পোকপী লুহোংত্রিবী মশুমুপী, ১৬। মচানিপানা পোকপী লুহোংলবী মশুমুপী, ১৭। শুথাংনা লোবী মুপী, (প্রপৌত্রবধূ) ১৮। ১৯। শুথাং-(মুপী) (প্রপৌত্রী)। ২০। মপা পোকপা মবুথৌ

---

(১) "চিতায়াং দক্ষিণশিরসং অধোমুখং সামগং পুমাংসং ন্যসে দিতি ছন্দোগপরিশিষ্ট বচনাৎ। "সগোত্রৈস্থ গৃহীত্বাতু চিতামারোপ্যতে শবঃ। অধোমুখঃ দক্ষিনাদিচরণস্তু পুমানিতি উত্তানদেহা নারীতু সপিণ্ডৈরপি বন্ধুভিঃ" ইতি আদিপুরাণে "দক্ষিনাদিচরণ ইত্যনেন উত্তরশিরস্থং যৎতৎ সামগেতরপর"মিতি স্মার্ত্তাৎ।

(পিতামহ)। ২১। মপা পোকপী মবেল ( পিতামহী )। ২২। মপল মখুড়ানচিংবা সপিণ্ড শাগৈ, ২৩। সমানোদক-শাগৈ, ২৪। গোত্রজ শাগৈ, ২৫। মমা পোকপা মবুধৌ। ২৬। মমাগী পোকমিন্নবা মামা, ২৭। মচনুপীগী মচানিপা অসিনাচিংবা।

*মন্তব্যঃ*—ইরিবসি মথক মথক লৈত্রবদা মথা মথানা শিরিবহুগী ক্রিয়া থাংগনি ( মথৌ তৌগনি)।

মচানিপা ময়াম লৈরবদি অহল অহন্না ক্রিয়া থাংডুনা মনাও ময়ামগা লোইননা শ্রাদ্ধ শোনমিন্নগনি।

## *শিরিবদু নুপী ওইরগা মাগী মথৌ তৌগদবা মীশক।*

১। মচানিপা; ২। মচানিপানা পোকপা মশুনিপা, ৩। শুথাং (নিপা) (প্রপৌত্র); ৪। লুহোংত্রিবী মচানুপী; ৫। লুহোংলবী মচানুপী; ৬। মচানুপীনা পোকপা মশুনিপা (দৌহিত্র); ৭। মাগা লোন্নবীগী মচানিপা (সপত্নী পুত্র); ৮। মপুরোইবা; ৯। মচানিপানা লোবা মমৌ; ১০। সপিণ্ড শাগৈ; ১১। সমানোদক শাগৈ; ১২। সগোত্র শাগৈ; ১৩। মপা ১৪। মমা; ১৫। মবুং-মৌপ৷ (ভ্রাতা) ১৬। মচে মনাওগী মচানিপা ১৭। মপুরোইবগী মচন-মচেগী মচানিপা ১৮। ম ৷াগী মচানিপা ১৯। মচানুপীগী মরা (জামাতা) ২০। মপুরোইবগী মামা অসিনচিংবা।

*মন্তব্যঃ*—হাইরিবা ক্রম অসি মথক মথক লৈত্রবদা মথা মথানা ক্রিয়া থাংগনি।

## পূরকপিণ্ড পিবা মী হোংবা য়াদবা

মচানাচিংবা অধিকারীনা ওইরবসু শাগৈ অমনা ওইরবসু শাগৈ নৎতবনা ওইরবসু মৈ কোইদুনা (অগ্নিদাতা ওইদুনা) ইহান হানবদা পূরক পিণ্ড পিখিবা মী অদুতনা পিণ্ড তরাশুবা ফাওবা পিগনি, মী হোংনা হোংনা পূরক পিণ্ড পিবা য়াদে। (৩)

পূরক পিণ্ড পিবসি অহিং মুংখিল থাইদনা পিবা য়াই। (৪)

## ক্রিয়া থাংবদা চূড়াকরণ তৌরবা তৌদ্রিবা থাইগদবা

ক্রিয় থাংগদৌরিবা মীদু শিরিবদুগী মচা নত্রবদি চূড়াকরণ তৌদ্রবদি ক্রিয়া থাংব য়াদে, মচাদি চূড়াকরণ তৌদ্রবসু ক্রিয়া থাং-বা য়াই। লুগন থাংদ্রবসু শ্রাদ্ধগী মন্ত্র খিবা য়াই। (৫)

---

(৩) অগোত্রঃ সগোত্রোবা যদি স্ত্রী যদিবা পুমান্ যশ্চাগ্নিদাতা প্রেতস্য পিণ্ডং দদ্যাৎ স এবহি। ইতি বায়ুপুবাণবচনাৎ।

"পুত্রাদ্যসন্নিধৌ যেন সগোত্রাদিনা দাহসংস্কারঃ কৃত স্তেনৈব দাশাহিক প্রেতকর্ম্ম কর্ত্তব্য" মিতি স্মার্ত্তাৎ।

(৪) "দাতব্যোঽ নুদিনং পিণ্ডঃ প্রেতায় ভুবি পার্থিব" ইতি বিষ্ণু পুরাণবচনে, "পিণ্ডদানে অনুদিনমিত্যত্র দিনপদশ্রবণাৎ দিনপদ মহোরাত্র পর"মিতি স্মার্ত্তাৎ।

(৫)কৃতচূড়স্ত কুর্ব্বীত উদকং পিণ্ডমেবচ" এতচ্চ পুত্রেতর বিষযম্ "অসংস্কৃতঃ সুতঃ শ্রেষ্ঠো নাপরো বেদপারগঃ" ইতি দায়ভাগধৃতত্বাৎ অন্যথা সুতত্বেন বিশেষোপাদনং ব্যর্থং স্যাৎ" ইতি স্মার্ত্তপংক্তেঃ।

"শ্রাদ্ধেতু অনুপনীতস্য মন্ত্র পাঠ মাহ মনুঃ—নাভিব্যাহারয়েদ্ ব্রহ্ম স্বধানিনয়াদৃতে। শূদ্রেণহি সমস্তাবদ্ যাবদ্বেদে ন জায়তে"। ইতি স্মার্ত্তাৎ।

### *পূরক পিণ্ড পিবগী মরুওইবা মতম।*

পূরক পিণ্ড পিবসি অধিকারী অদুনা মাগী মাংলিবা মনুংতুদা পি মতুনা মরুওইবা মতম্মি (মুখ্যকালনি) ওমহৌদ্রবদি আদ্য-শ্রাদ্ধ শোন্দ্রিবৈগী মমাংদা পূরক পিণ্ড পিগনি। (৬)

### *শিরিবদু পাপ লৈরবদি সংস্কারগী মাংদা প্রায়শ্চিত্ত*

শিরিবা মী অদু মশাদা মহাপাতকনাচিংবা পাপলৈরগা (মহাপাতকী খুদম কুষ্ঠ রোগনাচিংবা লৈরগা) প্রায়শ্চিত্ত তৌহৌদ্র-বদি সংস্কার য়াদবনা সংস্কার তৌদ্রিবৈদা মচানাচিংবনা প্রায়শ্চিত্ত তৌগনি। (৭)

### *শ্রাদ্ধ তোওণ্ডান্না শোনবা য়াবা-য়াদবা।*

আদ্য শ্রাদ্ধদগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ ফাওবদি মচানাচিংবা কর্ম্মগী অধিকারী অদু ময়াম লৈরবসু তোওণ্ডান তোওণ্ডান শোনবা য়াদে। সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধদি মচা ময়াম্না তোওণ্ডান তোওণ্ডান শোনবা য়াই। (৮)

---

(৬) "যাবদশৌচং তাবৎ প্রেতস্যোদকং পিণ্ড মেকঞ্চ দদ্যু ইতি বিষ্ণু-স্মৃতি বচনাৎ। যাবৎ-তাবৎ ইত্য ভিধানাৎ অশৌচাভ্যন্তরে এব পিণ্ডদা-নং মুখ্যং, দৈবাৎ তত্রাকরনে মধ্যমক্রিয়াপুর্ব্বকালে কর্ত্তব্য" মিতি স্মার্ত্ত-পংক্তেঃ।

(৭) "স্বয়মকৃত প্রায়শ্চিত্তস্য মৃতস্য পুত্রাদিনা প্রায়শ্চিত্তং কৃত্বা তদ্দাহাদিকং কর্ত্তব্য" মিতি স্মার্ত্তাৎ।

(৮) "সপিণ্ডীকরনান্তানি যানি শ্রাদ্ধানি ষোড়শঃ। পৃথক্ নৈব সুতাঃ কুর্য্যুঃ পৃথক্দ্রব্যাপি কৃচিৎ" ইতি লঘুহারীত বচনাৎ। প্রত্যব্দমিতবে কুর্য্যু রেকোদিষ্টং পৃথক্ সুতাঃ। যাবন্ত এব পুত্রাঃ স্যুঃ পিণ্ডা স্তাবন্ত এবহি" ইতি লঘুহারীত বচনাৎ।

**মন্তব্যঃ**—মচা ময়াম লৈবদা খ্বাইদুগী অহন্না আদ্য শ্রাদ্ধ-দগী সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ কাওবসি ময়ামগী মত মতুংইন্না শোনবগী অধিকারীনি, অদুবু অহলদু লংকৈদা লৈথিদুনা নত্রগা মশা নাবনা-চিংবনা শোনবা শুমত্রবদি মনাওনা শোনগনি। (৯)

## কুমওন খুদিংদা শোনগদবা শ্রাদ্ধ মখল।

কুমওন কুমওন খুদিংগী মৃত্যুতিথিদা (শিথিবা থাগী থাবান্দা) শিথিবা মীদুগী একোদিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগনি, তৌইশুন্নসুং অমাবস্যাদা, অমসুং তর্পন মনুংদা শিথিবা মপা মমাগীদি পার্ব্বণ বিধিক শ্রাদ্ধ (পঞ্চ পাত্র শ্রাদ্ধ) শোনগনি। (১০)

---

(৯) বহবঃ স্যু র্যদা-পুত্রা পিতুরেকত্র বাসিনঃ। সর্ব্বেষান্ত মতং কৃত্বা জ্যেষ্ঠেনৈব তু যৎ কৃতং। দ্রব্যেণ চাবিভক্তেন সর্ব্বৈরেব কৃতং ভবেৎ। ইতি মরীচিবচনাৎ। বিদেশস্থত্বাদিনা বর্ষাভ্যন্তরকর্ম্মাসমর্থ জ্যেষ্ঠপুত্র-সত্ত্বেপি প্রেতত্বপরিহারায় কনিষ্ঠপুত্রেণ ষোড়শশ্রাদ্ধং কর্ত্তু মুচিতম্ ইতি স্মার্ত্তঃ।

(১) "অত উর্দ্ধং সংবৎসরে সংবৎসরে প্রেতায়ান্নং দদ্যাদ্ যস্মিন্নহনি প্রেতঃ স্যা"দিতি গোভিল গৃহ্যসূত্রাৎ। "প্রতিসংবৎসরঞ্চৈবমেকোদিষ্টং মৃতাহনি" ইতি ব্যাঘ্রবচনাৎ। "অমাবস্যাক্ষয়ো যস্য প্রেতপক্ষে হথবা পুনঃ। সপিণ্ডীকরনাদূর্দ্ধং তস্যোক্তঃ পার্ব্বণবিধিকঃ ইতি শঙ্খস্মৃতি-বচনাৎ। "সপিণ্ডীকরনাদূর্দ্ধং পিত্রোরেবহি পার্ব্বণং পিতৃব্য ভ্রাতৃ মাতৃণামেকোদিষ্টং সদৈবহি" ইতি কাত্যায়নবচনাৎ।

**মৃত্যুতিথি (শিবা নুমিৎকী থাবাল) লৌগদবা খুৎলো।**

শিবা মতমদুদা পাল্লিবা (লৈবা) তিথি অদুবু মৃত্যু তিথিনি হাইনা লৌগনি, ঙসি শিবদা ঙসি নোংমা পানবনি; (প্রতিপদ্‌নি) ঙসি নিনি পানবনি ( দ্বিতীয়া'নি ) হেক হাইদুনা মৃত্যুতিথি প্রতিপদ্‌নি, দ্বিতীয়ানি হেক্তা লৌবা য়াদে। মরমদি তিথিশিংগী খোংচৎ অসি মখল অহুম শুই; মদুদি—

১। তিথিদু নুমিৎ হেক থোকপদগী হৌরগা মতুংগী নুমিৎ অমুক থোক্কদবগী মমাং ফাওবদা লোইবা খোংচৎ অমা।

২। তিথিদু ঙসিগী নুমিৎ থোকপা মতুংদগী হৌরগা হয়েংগী নুমিৎ থোকপা য়ৌদ্রিবৈদা লোইথিবা খোংচৎ অমা।

৩। তিথিদু ঙসিগী নুমিৎ হেক থোকপদগী হৌরগা হয়েংগী নুমিৎ থোকপা মতুংদা লোইবা (সূর্যোদয় অনিরক ফংবা) খোংচৎ অমা।

তিথিগী খোংচৎ অসি অহুম থোক্কা লৈবা অসিনা করিগুম্বদা নোংমদা তিথি অনি চংবা য়াওই, করিগুম্বদা নোংমদা তিথি অহুম চংবা য়াওই। মরমদুনা মী অদুনা অহিংদা নত্রগা নুংথিলদা পুং অদুক তাব মতমদা শিরবদি মহাক্কা শিরিবা পুংক্ষম অদুদা করম্না তিথি পানবগে (লৈবগে) হাইবদু পঞ্জিকাদা য়েংলগা শিবা মতমদুদা পাল্লিবা তিথি অদুবু মৃত্যুতিথিনি হাইনা লেপকনি। মরম অসিনা থোকপদা পুং য়েংবগুম্না শিবা মতমদা পুং মুম্না য়েংহৌবা চুম্মি। পুং য়েংহৌদ্রবদি তিথি অমগা তিথি অমগা শিন্নবা লোম্নবা মতমদুদা শিবা থোক্লবদি মৃত্যুতিথিদু মথক্কী তিথিনা ওইগদ্রা ? মথাগী তিথিনা ওইগদ্রা ? অসুম্না য়াম্না চিংনিংঙাইনি। মৃত্যুতিথি লৌবা লানখ্রবদি

কুমওন খুদিংগী শ্রাদ্ধ শোনবা চাকপিজবনচিংবদু মৃত্যুতিথি নংতবদা ওইবনা শ্রাদ্ধ চাকপিজবদুগী মহৈ করি অমত্তা লৈরোই, শ্রাদ্ধ চাক-পিজবদু ইতৌ তৌদবগা মান্নে (ক,) য়ুম মাংতুনা নৈখোক্লকপগীদি মৃত্যুতিথি নংতবদা শ্রাদ্ধশোনবা চাকপিজবদু মৃত্যু তিথিদা শ্রাদ্ধ শোনবা চাকপিজবগা মান্নে। (খ)

***তিথি অনিশুরবদা সাম্বৎসরিকনাচিংবা কর্ম্মগী নুমিৎ।***

তিথি অমদা নুমিৎ থোকপা ( সূর্যোদয় ) অনিরক নল্লবদি (পৃষ্ঠা ৮৯দা হাইখিবা নংগী তিথিগী থোংচৎতু ওইরবদি) হাইবদি তিথি অনি শুরবদ তিথ অতুদা তৌগদবা মৃত্যুতিথি নিমিত্তক শ্রাদ্ধ ( সাম্বৎসরিক একোদ্দিষ্টশ্রাদ্ধ-পঞ্চপাত্র শ্রাদ্ধ ) ১সুং পার্ব্বণ শ্রাদ্ধনাচিংবা অতুগা দীপান্বিতা জন্মতিথি পূজা অসিনাচিংবা কর্ম্ম অপুন্বা মথক থংবা নুমিৎতা তৌগনি, তৌইগুম্বসুং একাদশী ব্রতদি মথা থংবা নুমিৎতা তৌগনি। (১১)

*উদাহরণ*—দ্বিতীয়া তিথি অসি নোংমাইজিংদসু নিংথৌকা-বদসু ওইরবদি দ্বিতীয়াতুদা তৌগদবা—সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধনাচিংবা শ্রাদ্ধ ১সুং থাগী চাকপিজবা, জন্মতিথি পূজানাচিংবা থবক অপুন্বা নোংমাইজিং নুমিৎতা তৌগনি, করিগুম্বদা নিংথৌকাবদা তৌব-

(ক "গণি দৃশ্ৰ য়তে কাল: তত্র তিষ্ঠন্তি দেবতা: বরমেকাহুতি: কালে নাকালে স + কাট্য:" ॥ ইতিবচনাৎ।

(খ) "দেয়ে পিতৃণাং শ্রাদ্ধেতু অশৌচং জায়তে যদি তদশৌচব্যতী-তেতু তেষাং শ্রাদ্ধং বিধীয়তে' ইতি বচনাৎ।

(১১) "যষ্টদণ্ডাত্মিকায়াশ্চ তিথৌ নিষক্রমনে পবে। অবর্ম্মত্তং তিথি-তন্ত্বং বিদ্ধা দেকাদশীং বিনা" ॥ ইতি স্মৃতেঃ

রোই। অদুগা একাদশীতিথিনা নোংমাইজিংদসু নিংথৌকাবদসু ওইরবদি একাদশী ব্রতহ নিংথৌকাবদা ভৌগনি। নোংমাইজিংদা তৌরোই।

(মন্তব্য) একাদশী সুমিৎতা শ্রাদ্ধ শোনবা য়াদে হায়রবসি ব্রত লৈবগী মথক্তনি, অদুনা একাদশী তিথিনা অনি শুরবদি ব্রতনা মথাগী সুমিৎতা তৌখ্রবনা মথক থংবা সুমিৎতা আদ্যশ্রাদ্ধ-নাচিংবা শ্রাদ্ধ ১সুং একাদশীনা মৃততিথি ওইথিবগী সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধনাচিংবা মথক থংবা একাদশীদুদা শোনগনি। য়েথোক্লরোই।

## শ্রাদ্ধনাচিংবা কর্ম্মগী অথোইবা মতম (মুখ্যকাল)

দেবপূজাদা পূর্ব্বাহ্ন মতমনা অথোইবা মতমনি। একো-দ্দিষ্ট শ্রাদ্ধদা (আদ্যশ্রাদ্ধ, মাসিক শ্রাদ্ধ, সাম্বৎসরিকোদিষ্ট শ্রাদ্ধনাচিংবদা) মধ্যাহ্ন মতমনা অথোইবা মতমনি। পিতৃশ্রাদ্ধদা (সপিণ্ডীকরণশ্রাদ্ধ, পার্ব্বণশ্রাদ্ধ, পার্ব্বণবিধিক সাম্বৎসরিক শ্রা-দ্ধনাচিংবদা, অপরাহ্ন মতম অথোইবা মতমনি। বৃদ্ধি শ্রাদ্ধদা প্রাতঃ মতমনা অথোইবা মতমনি। (১২)

মুংথিল্লগী মতমসু (দিবামানবু) ১৫ থোক্ক য়েনবগী শরুক অমবু মুহূর্ত্ত কৌই,। সুমিৎথোকপদগী মুহূর্ত্ত ৩।৩ গী মতমসু মথং মথং প্রাতঃ, পূর্ব্বাহ্ন, মধ্যাহ্ন, অপরাহ্ন, সায়ং, অসুম্না থাই-দোকই। (১৩)

---

(১২) "পূর্ব্বাহ্ণোবৈ দেবানাং মধ্যন্দিনং মনুষ্যাণাং। অপরাহ্নঃ পিতৃ-ণা" মিতি শ্রুতেঃ। "পূর্ব্বাহ্নে মাতৃকং শ্রাদ্ধং অপরাহ্নেতু পৈতৃকং। এ-কোদিষ্টন্তু মধ্যাহ্নে প্রাত বৃদ্ধি নিমিত্তক" মিতি স্মৃতিবচনাৎ।

১৩। "প্রাতঃ কালো মুহূর্ত্তাং স্ত্রীন্ সঙ্গমস্তাবদেবতু মধ্যাহ্ন স্ত্রিমুহূর্ত্তঃ স্যাৎ... ......... .."ইতি বচনাৎ।

অহিং মুংখিল চপমান্নবগী হিসাবতা (দিবামানগীদণ্ড ৩০ গী হিসাবতা) প্রাতঃ নাচিংবগী ঘণ্টা (পুং)—

১। প্রাতঃ —পুং ৬ — পুং ৮ মিঃ ২৪ ফাওবনি।
২। পূর্ব্বাহ্নঃ—পুং ৮ মিঃ ২৪—পুং ১০ মিঃ ৪৮ ফাওবনি।
৩। মধ্যাহ্নঃ—পুং ১০ মিঃ ৪৮—পুং ১ মিঃ ১২ ফাওবনি।
৪। অপরাহ্নঃ—পুং ১ মিঃ ১২—পুং ৩ মিঃ ৩৬ ফাওবনি।
৫। সায়াহ্নঃ—পুং ৩ মিঃ ৩৬—পুং ৬ তাবা ফাওবনি।

## *তিথি অমনা নুমিৎ নিনিদা মচেৎ মচেৎ চংলবদা শ্রাদ্ধনাচিংবগী নুমিৎ।*

তিথি অসিদা অসিগুম্বা কর্ম্ম অসি তৌগনি হাইন তাক্লি-বা অদুগুম্বা তিথি অদুনা তিথিদুগী খোংচৎ মতুংইন্ন (তিথিগী খোংচৎ মখল পৃঃ ৮৯দা) নুমিৎ নিনিদা মচেৎ মচেৎ ওইনা চংদুনা লৈরবদি নোংমগী মনুংদা অসিগুম্বা থবক অসিনা অদুগুম্বা পুংফম অদুদা তৌগদবনি হাইনা অখোইবা মতম তাক্লিবা, অদুগুম্বা অখো-ইবা মতমদুদা তিথি অদু পানবা নুমিৎতুদা সাম্বৎসরিশ্রাদ্ধনাচিং-বা কর্ম্মদু তৌগনি (১১) (কর্ম্ম, কর্ম্মদুগী অখোইবা মতম পৃষ্ঠা ৯১ য়েংবা)

***উদাহরণ***—দ্বিতীয়ানা মৃত্যুতিথি ওইবা সাম্বৎসরিক একো-দিষ্ট শ্রাদ্ধ, অদু দ্বিতীয়া অদুনা নোংমাইজিং নিংথৌকাবা নুমিৎ নিনি অসিদা মচেৎ মচেৎ চংদুনা লৈরবদা নোংমাইজিংগী মধ্যাহ্ন মতমদুদা ( অয়ুক পুং ১০ মিঃ ৪৮—পুং ১ মিঃ ১২ ফাওবগী মনুংদা ) দ্বিতীয়া লৈবা, নিংথৌকাবদদি মধ্যাহ্ন মতমদা দ্বিতীয়া

লৈতবা অহু ওইরবদি নোংমাইজিংদা একোদিষ্ট শ্রাদ্ধতু শোনগনি, নিংথৌকাবদা শোল্লোই।

(মন্তব্য) তিথি তিথিচুদা শোনগদবা একোদিষ্টশ্রাদ্ধ, সপিণ্ডীকরণনচিংবা পার্ব্বণবিধিক শ্রাদ্ধনাচিংবতু নুমিৎ অসিদা শোনগনি হায়বতু পাঞ্জিকাদা নুমিৎ খুদিংগী "দ্বিতীয়ার একোদিষ্ট," "তৃতীয়ার সপিণ্ডন" "দ্বিতীয়ার একোদিষ্ট, সপিণ্ডন" অসি হাইনা তাক্লি।

*শ্রাদ্ধনাচিংবা কর্ম্মগী মৃত্যুতিথি অদু নুমিৎ নিনিদা অথোইবা মতমদু ফংলবদা, অমসুং ফংদ্রবদা করি নুমিৎতা শ্রাদ্ধনাচিংবা শোনবা ?*

সাম্বৎসরিক একোদিষ্ট শ্রাদ্ধ শোনগদবগী মৃত্যুতিথি অদু নুমিৎ নিনিমক্তা মধ্যাহ্ন মতমদা ফংলবাদ নত্রগা নুমিৎ নিনিমক্তা মধ্যাহ্ন মতমদা ইফং ফংদ্রবদি শোনগদৌরিবা শ্রাদ্ধ অদু শুক্ল পক্ষদা (নিম্মাংদা) শোনগদবা ওইরবদি মথা থংবা নুমিৎতা শোনগনি। কৃষ্ণপক্ষদা (নিম্মুংদা) শোনগদবা ওইরগা মথক থংবা নুমিৎতা শোনগনি। (১৪)

---

(১৪) "আপরাহ্ণিকেতর শ্রাদ্ধে তূভয়দিনে প্রাপ্ত্যপ্রাপ্ত্যোঃ শুক্ল পক্ষ কৃষ্ণপক্ষ ভেদেন ব্যবস্থা" শুক্লপক্ষে তিথি গ্রাহ্যা যস্যামভ্যুদিতো রবিঃ। কৃষ্ণপক্ষে তিথি গ্রাহ্যা যস্যামস্তমিতো রবিঃ" ইতি বিষ্ণুধর্ম্মোত্তরাৎ ইতি শ্রাদ্ধতত্ত্বে স্মার্ত্তঃ।

অদুগা পার্ব্বণ শ্রাদ্ধগী তিথি অদু ১ সুং পার্ব্বণবিধিক সাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধগী (পঞ্চপাত্র শ্রাদ্ধগী) মৃত্যুতিথি অদু সুমিৎ নিনিমক্কা অপরাহ্ন মতমদা ফংলবদি মথক থংবা সুমিৎতা শ্রাদ্ধদু শোনগনি। (১৫)

## মলমাসদা শোনগদবা শোলোইদবা-শ্রাদ্ধ মথল

মলমাস মনুংদা শিথিবা মীদুগী প্রতিসাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ, (কুমওন খুদিংগী চাক পিজবা) অদুগা সপিণ্ডীকরণশ্রাদ্ধ, প্রেতগী মাসিক শ্রাদ্ধ, (থা-থাগী-চাক পিজবা) প্রায়শ্চিত্তনিমিত্তক পার্ব্বণ শ্রাদ্ধ, নিরবকাশবৃদ্ধিশ্রাদ্ধ, অসিপুম্বসি মলমাসদা শোনগনি, অশেংবা থা তাইরোই। (১৬)

মলমাস মনুংদা শিথিদবগীদি প্রতিসাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ মলমাসদা শোলোই, অশেংবা থাদা শোনগনি। অদুগা মলমাস য়ৌত্রিতৈদা শোনগদবা প্রতিসাম্বৎসরিক শ্রাদ্ধ অদু—যুম মাংদুনা য়েথোক্লকপদা য়ুমশেংবা মতুংদগী মলমাস চংলবদি য়ুমশেংলে হাইদুনা মলমাসদা শোনবা য়াদে, মলমাস লোইশ্রগা কৃষ্ণা একাদশীদা নত্রগা অমাবস্যাদা শোনগনি। (১৭)

***মন্তব্যঃ***—বৈষ্ণবকীদি একাদশীদুদা উপবাস লৈরবদি কৃষ্ণা দ্বাদশীদা শোনগনি। (ক)

---

(১৫) "তিথিবিশেষবিহিত শ্রাদ্ধানাং উভয়দিবসীয় মুখ্যকালে তত্তিথিলাভে আপরাহ্নিকশ্রাদ্ধস্য পূর্ব্বতিথৌ কর্ত্তব্যতা যস্মাত্তং সবিতা যাতি পিতরস্তা মুপাসতে.........." ইতিগৃহ্যপরিশিষ্টাৎ" ইতি স্মার্ত্তঃ।

## মৃত্যুতিথি থংদ্রবদা লেপকদবা তিথি

করিগুম্বা মরম অমদগী (লংকৈদা শিরকপনচিংবা মরমদগী) শিখিবা থাদি ( মৃত্যু মাসদি ) থংলগা মৃত্যুতিথি ( শিখিবগী থাবাল ) থংত্রবদি শিখিবা থাগুগী অমাবস্যা অদু মৃত্যুতিথিনি হাইনা লৌদুনা মৃতুতিথিদা পাংথোক্কদবা থবক অপুম্বা পাং-থোক্কনি। (১৮)

## মৃত্যু তিথিদি থংলগা শিখিবা থা থংদ্রবদি লেপকদবা থা

মৃত্যু তিথিদি ( শিখিবা থাবাসদি ) থংলগা থা অদুদা শিখিবনি হাইবদু থংত্রবদি ভাদ্র, অগ্রহায়ণ মাঘ, থা অদুম অসিগী মতুংদা নক্শন্না মৃত্যুতিথি ফংগদবা থাদু মৃত্যু মাসনি হাইনা লেপকনি। (১৯)

---

(১৬) "মলমাস মৃতানান্তু শ্রাদ্ধং যৎ প্রতিবৎসরং। মলমাসেঽপি কর্ত্তব্যং নান্যেষান্তু কদাচন" ইতি তিথিতত্ত্বে-পৈঠীনসিবচনাৎ, "অসংক্রান্তেঽপি কর্ত্তব্য মাব্দিকং প্রথমং দ্বিজৈরিতি লঘুহারীতবচনাৎ। মলমাসে প্রায়শ্চিত্তমপি নিরবকাশনৈমিত্তকত্বেন কর্ত্তব্য"মিতি মলমাসতত্ত্বে স্মার্ত্তাৎ।

(১৭) অপাটবাদ্য শৌচাভ্যাং পতিত মেকোদিষ্টং একাদশ্যা মশৌচান্তে চ মলমাসে ন কর্ত্তব্যং কিন্তু মলমাসাব্যাপ্ত কৃষ্ণৈকাদশ্যা'মেবেত্যু'ক্ত মিতি স্মার্ত্তধৃত শ্রাদ্ধবিবেক বচনাৎ।

(ক) "একাদশ্যান্তু প্রাপ্তায়াং মাতাপিত্রো র্মৃতেঽহনি। দ্বাদশ্যাং তৎ প্রদাতব্যং নোপবাসদিনে ক্বচি" দিতি হরিভক্তিবিলাসে।

## মৃত্যুতিথি মৃত্যুমাস ইথংমক খংদ্রবদা লেপকদবা তিথি অমসুং থা

শিখিবত্তুগী থা অমসুং থাবাল ইথংমক খংদ্রবদি লংফৈ চৎথি-বত্তুগী থা অমসুং থাবাল অদু মৃত্যুমাসনি, মৃত্যুতিথিনি হাইনা লেপ-কনি। তৌইগুম্বসুং চৎথিবা থাদি খংলগা চৎখিবা থাবানদি খংদ্রবদি মৃত্যুতিথিদু অমাবস্যানি হাইনা লেপকনি. অদুগা লংফৈ চৎখিবা থাবালদি খংলগা লংফৈ চৎখিবা থা খংদ্রবদি মথক্কী পথাপ মতুংইন্না ( পৃঃ ৯৫ দা হাইরিবদুগী পথাপনা ) অগ্রহায়ণনচিংবা থাদু মৃত্যুমাসনি হাইনা লেপকনি। (২০)

## শিখিবগী অমসুং লংফৈ চৎখিবগী থা, থাবালকাও খংদ্রবদা লেপকদবা থা অমসুং থাবাল

শিখিবত্তুগী ১ সুং লংফৈ চৎখিবত্তুগী থা অমসুং থাবাল ইথংমক খংদ্রবদি শিরে তাবা সুম্নিংকী থা অমসুং থাবালদু মৃত্যুমাসনি অমসুং মৃত্যুতিথিনি লেপ্তুনা মৃত্যুতিথিদা তৌগদবা থবক অদু পাংথোকনি। (২১)

---

১৮) "ন জ্ঞায়তে মৃতাহশ্চেৎ প্রোষিতে সংস্থিতে সতি। মাস শ্চেৎ প্রতিবিজ্ঞাত স্তদ্দর্শে স্যাম্মৃতাহনি" ॥ ইতি বৃহস্পতিবচনাৎ। "প্রোষিত" ইতি অজ্ঞানকারণোপলক্ষণ" মিতি তিথিতত্ত্বে স্মার্ত্তঃ।

(১৯) যদি মাসো ন বিজ্ঞাতো বিজ্ঞাতং দিনমেবহি তদা মার্গ-শিরে, মাসি মস্বেবা তদ্দিনং ভবেৎ॥ ইতি বৃহস্পতিবচনাৎ। দিন মেবতু জানাতি মাসং নৈবতু যো নরঃ। মার্গশীর্ষে তথা ভাদ্রে মাঘেবা তদ্দিনংভবেৎ॥ ইতি ভবিষ্যৎপুরাণাৎ।

[illegible] থা ১ সুং থাবাল, অতুগা লংকৈ চংখিবুগী [illegible] [illegible] থাবালে ইথংমক থংত্রবদি মাঘ, অগ্রহায়ণ থাগী অমাবস্যাগা [illegible]গী মৃত্যুমাসগী মৃত্যুতিথিদা তৌগদবা থবক্তু তৌগনি। (২২)

## লংকৈদা মাংখিবদুগী শিরে লেপকাদবা মতম।

হেক লংকৈ চংখিবদগী চহি তরানিথোই চুপ্পা ইংপাও [illegible]মত্তা ইভামক ভাত্রবদি শিরে হাইনা লেপ্তুনা মচা-মতুনা [illegible]বনা-অশিবগী ক্রিয়া পুম্বা তৌরগনি (শোরাং শোন্নগনি) (২৩)

---

(২০) দিনমাসৌ ন বিজ্ঞাতৌ মরণস্য যদা পুনঃ।
প্রস্থান দিন মাসৌতু গ্রাহ্যৌ পূর্ব্বোক্তয়া দিশা ॥ ইতি বৃহস্পতি বচনাৎ

(২১) "এবঞ্চ মরণ প্রস্থান দিনমাসাজ্ঞানে শ্রবণদিবসস্য বিষয়ঃ" ইতি তিথিতত্ত্বে স্মার্ত্তাৎ।

(২২) মৃতস্যাহো ন জানাতি মাসং বাপি কথঞ্চন। তেন কার্য্য [illegible]বাং শ্রাদ্ধং মাঘেহথ মার্গকে ॥ ইতি তিথিতত্ত্বে প্রভাসখণ্ড বচনাৎ।

(২৩) গতস্য ন ভবেদ্বার্ত্তা যাবদ্দ্বাদশ-বার্ষিকী প্রেতাবধারণং [illegible] কর্ত্তব্যং সুতবান্ধবৈঃ ॥ ইতি ত্রিথিতত্ত্বে যমবচনাৎ।

# বেদ-স্মৃতি-সদাচারগী খোংচৎ

১। মুমশেং মুমাংনাচিংবা ধর্ম্ম কর্ম্মদা বেদ-স্মৃতি-সদাচার অহুম-সিনা প্রমাণ ওই, হাইনা মনুনা হায়রি "বেদো হখিল,ধর্ম্মমূলং স্মৃতি শীলেচ তদ্বিদাং। আচারশ্চৈব সাধূনা মাত্মনস্তুষ্টিরেবচ" অসুম্না। মনুগী বচনসিনা খংহল্লি—বেদদি কনাগী মতেং য়েংদনা মনিংতম্না ধর্ম্মদা প্রমাণ ওই, বেদমশাদা করিগুম্বা মত খেন্নরবদি অপাম্বা মত অমা চৎকনি।

২। স্মৃতিনা ধর্ম্মদা প্রমাণ ওইবদি, স্মৃতিদুনা হায়রিবদু বেদদা য়াও-রবনি হাইদুনা স্মৃতিনা প্রমাণ ওইবনি (স্মৃতেস্তদনুমিতবেদসাপেক্ষ প্রমাণত্বমিতি) মরমসিনা স্মৃতিদুনা হায়রিবা অদুগা মত খেন্নবা বেদগী বচন অমা শং-শংনা উরবদি স্মৃতিদুগী মত অদু থাদোক্লুনা বেদগী মত অদু লৌদুনা চৎকনি, খুদম—"পুত্রেণৈব কর্ত্তব্যং সপিণ্ডীকরণং স্ত্রিয়াঃ" বচনঅসিনা লুখ্রা ওইরবী নুপীসি মচা নিপা লৈরবদি সপিণ্ড য়ৌনি হাইনা তাকই। বচনসিদা য়াওরিবা "পুত্র" শব্দগী অর্থসি স্মৃতিনা মচানিপা অহলতবু খংহল্লি, "পুন্না-মোনরকাদ্ যস্মাৎ ত্রায়তে পিতরং সুতঃ" স্মৃতিসিনাঃ অদুগা বেদনা মচানিপা ময়ামকপু খংহল্লি মদুদি—"দশাস্যাং পুত্রানাধেহি" বেদসিনা। মচানিপা অহ-লত খংহনবা স্মৃতিসিগা মত খেন্নবা মচানিপা ময়াম খংহনবা বেদসিমু শংশংনা উরবসিদা স্মৃতিসিগী মত থাদোক্লুনা বেদগী মত লৌদুনা মচানিপা অহল নংতবা মচানিপা লৈবদসু লুখ্রাবীগী সপিণ্ড য়ৌনা শোম্নরি।

অদুগা বেদগা বিরোধ লৈতবা স্মৃতিদি বেদমকুম্না ধর্ম্মদা প্রমাণ ওইগনি। বিষয়সিদা জাবালমুনিনা হায়রি—"শ্রুতি স্মৃতি বিরোধেতু শ্রুতিরেব গরীয়সী। অবিরোধে সদা কার্য্যং স্মার্ত্তং বৈদিকবৎ সদা" অসুম্না।

৩। স্মৃতিশাস্ত্রনা ময়াম ওইবনা স্মৃতিশিংদুগী মনুংদা স্মৃতি অমগা স্মৃতি অমগা মত খেন্নরবদি করম্বা স্মৃতিগী মত অদু ইপা ইপুনা

চৎলমগে হাইবদু য়েংদুনা ইপা ইপুনা চৎলম্বা স্মৃতিদুগী মত অদু চৎকনি হাইনা মন্নুনা চিংবনা বায়েল্লমি মন্নুদি—"যেনাস্ত পিতরো যাতা যেন যাতাঃ পিতামহাঃ। তেন যায়াৎ সতাং মার্গং তেন গচ্ছন ন দুষ্যতি॥" "যেষু স্থানেষু যচ্ছৌচং ধর্ম্মাচারশ্চ যাদৃশঃ। তত্র তং নাবমন্যেত ধর্ম্ম স্তত্রৈব তাদৃশঃ" অসুম্না।

খুদম্—চহি মাংতুনা লুগন থাংখিদ্রিব অঙাং শিবদা—ব্যাঘ্র স্মৃতিনা—ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়-বৈশ্য অহুম্মক লুমিং হুম্নিত মাংগনি হাইনা হাইরি—"তুল্যং বয়সি সর্ব্বেষা মতিক্রান্তে তথৈবচ। উপনীতেতু বিষমং তস্মিন্নেবাতিকালজম্" অসুম্না, অদুগা অঙ্গিরাস্ম তিনা হাইরি মন্নুদি—ব্রাহ্মণগীনা লুমিং ৩ নি, ক্ষত্রিয়গীনা লুমিং ৬ নি, বৈশ্যগীনা লুমিং ৯ নি মাংগনি—"নিবৃত্তচূড়কে বিপ্রে ত্রিরাত্রাচ্ছুদ্ধিরিষ্যতে। নিবৃত্তে ক্ষেত্রিয়ে ষড়্ভি বৈশ্যে নবভিরেবচ" অসুম্না। স্মৃতি অনি মত খেন্নবসি মণিপুরদেশদা লুগন থাংখিদ্রিবা অঙাং শিবদা ব্রাহ্মণ-ক্ষেত্রিয়-বৈশ্যগী লুমিং মণিং মান্নদনা (খেন্ননা) মাংবা ইপা ইপুনা চৎনরম্বদগী অঙ্গিরাস্মৃতিগী মত অসি হৌজিক মথং মথং ঐখোইনা চৎনরি, ব্যাঘ্রস্মৃতিগী মত ঐখোইনা চৎনদে।

মতৌ অসুম্না স্মৃতি অনি মত খেন্নরবদা করম্বা মত চৎকদগে হাইনা চিংনরবদা ইপা ইপুনা চৎলম্বা স্মৃতিদু চৎনগনি হাইবগীদমক "যেনাস্ত পিতরো যাতা… …" অসিনাচিংবসি—প্রমাণ ওইনা স্মার্ত্তশিংনা শিজিন্নৈ, বেদ ৯স্নং স্মৃতিগা কাইনবা আচারদু (চৎলম্বদু) ইপা ইপুনা চৎলকই হাইদুনা চৎকনি হাইবদা শিজিন্নদে।

৪। সদাচারনা ধর্ম্মদা প্রমাণ ওইবদি চৎলিবা-আচারদু (চৎনরকপদু) স্মৃতিশাস্ত্রদা য়াওরবনি হাইদুনা প্রমাণ ওইবনি (সদাচারস্য তদনুমিতস্মৃতিসাপেক্ষপ্রমাণত্বমিতি) মরমদুনা করিগুম্বা মুমশেং মুম্মাংবনা-চিংবা ধর্ম্মকর্ম্মদা আচারদুগা (চৎনরকপদুগা) মত খেন্নবা স্মৃতি শাস্ত্রবু শংশংনা উরবদি বেদগা মত খেন্নবা স্মৃতিদুবু থাদোকপগুম্না আচারদু

(চৎনরকপদু) থাদোক্তনা শংশংনা উরিবা স্মৃতিদুগী মত মতুংইন্না মুমশেং-মুস্নাংবনাচিংবা ধর্ম্ম চৎকনি। স্মৃতিগা বিরোধ ওইবা (কাইনবা) আচারদুদি ধর্ম্মদা প্রমাণ ওইদে। মসিগী মরমদা মেধাতিথিনা হাইরি—"নচ স্মৃতিবিরুদ্ধস্যাচারস্য প্রামাণ্যসম্ভবঃ, শ্রুতিবিপ্রকর্ষাদাচরাৎ. স্মৃতি রনুমাতব্যা" "পিতৃপিতামহাদিভিঃ কৈশ্চিৎ কথঞ্চিদধর্ম্ম আচরিতপূর্ব্বঃ স ন আশ্রয়নীয়ঃ"। জৈমিনা হাইরি—"বিরোধেত্বনপেক্ষংস্যাদসতিহ্যনুমানমিতি।" কুল্লুকভট্টনা হাইরি—"স্মৃতিবিরুদ্ধাচারো হেয়" ইতি।

খুদম—চহি খরগী মাংদা ম্লেচ্ছজাতিনা শোরুবা য়ুম-দোলাল মাংনরবা ১স্নুং পুর্ণা অশিবগী মনুংদা চাবোকপা য়াওরকদা পোকপগীদা ইন্দুনা শেংনরবা, ১স্নুং ষষ্ঠিপুজাদা মপাগী খুদোং চাদবা মতাংদা শাগৈনা কর্ত্তা ওইনরবা ১স্নুং নোং ঙাল্লমদাইদা মুমিৎ থোক্তৈদা পোকপা ১স্নুং শিবহ নোংঙাল্লে ঙসিনি হাইনা লৌনরবা অসিনচিংবা চৎনরকপা আচার কয়াসি স্মৃতি-শাস্ত্রগা কাইনবা উরক থংলকপদগী থাদোক্রে, হাইবদি লান্দা ম্লেচ্ছ জাতিনা শোরুবা মাংখিদরে। পুর্ণা অশিবগীদা ইন্দুনা চাবোকপগী মাংবা শেংনরে, শাগৈনা কর্ত্তা ওইখিদরে. নোংঙাল্লমদাই মুমিৎ থোক্তিতৈদা শিবা ১স্নুং পোকপদু ঙরাংনি হাইনা লৌনখরে।

৫। স্মৃতিগা বিরোধ নৈতবা (কাইনদবা) সদাচারদি বেদনা হাইবগুম্না চৎকনি। মসিদা মেধাতিথিনা হাইবি—"যত্র শ্রুতিস্মৃতিবাক্যানি ন সন্তি। শিষ্টাশ্চ ধর্ম্মবুদ্ধ্যানুতিষ্ঠন্তি তদপি বৈদিকমেব পুর্ব্ববৎ প্রতিপত্তব্যামিতি।"

খুদম - মণিপুরদা-মপাগী [illegible] অহলনা মখাথংবা শরুক থুংবা ১স্নুং বিজয়-[illegible] [illegible] ১স্নুং লুহোংবদা-ময়া গুরুপা অসিনচিংবা স্মৃতিগা বিরোধনৈতবা চৎনগী কয়াক্রি বেদনা-হাইমগুম্না পালন তৌরি [illegible]

